ফোংজবী—

কুমারী ইরোম গীতা দেবী

চীংঙামথা, ইম্ফাল।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেংগা লোয়ননা ফোঙজবা



অহানবা ফোংবা জানুয়ারী ১৯৮৬

মমল—




স্বত্ব পুস্তক অইবগীনি।

লীলা অসিবু শান্নবিনীংবা ক'ঙবুনা অইবগী অয়াবা অমত্তং লৌবিয়ু

ছাপা নম্ফম— কে, ডি, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি রার্কস, হৈরাংগোইথোং

# কচ্চবা

ইপা ইবুংঙো,

শ্রী৺ইরোম ভালোক সিংহ,
খুদোল কচ্চরি।

থংত্রিবা নচা,
শ্রীইরোম নবকান্ত সিংহ

# ৱাহৌদোক

"খোংজম লাল" মণিপূরগী নিংতমলাল মীপুম খুদিংমক্না থংনরবা ঙাক্তনি। অথোবা কয়াগী ঈনা খোংজোম তুরেনগী ঈচেন্দা তিনগ্রবনি, অথোবা ময়ামগী মরক্তা নৌরিবা অঙাং শঙ্গোইস্নাগী মতাংদং লৌখৎচরগা ইজবনি ঐতিহাসিক নাতক "শঙ্গোইস্না"। হৌগ্রবা মতমগী থৌদোক্সি, অঙাংশিংগী লমচং, থৌনা অমসুং থকশি খাশি শেমগৎপদা মতেং ওইগত্রা খঙ্গবনি। অশোয় অঙাম তাকপীরকপা পুন্নমক হৱাওনা লৌজগনি।

মরুওইনা ইস্তিগ্রেসন্দা য়ুমফম ওইরগা ইজবনি।

শ্রীইরোম নবকান্ত সিংহ

# ভুমিকা

নিপা:—

১। কুলচন্দ্র মহারাজ
২। টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ
৩। থাঙ্গাল জেনেরেল
৪। হাওজৌম্বা ( য়াইস্কুল লাকপা )
৫। শঙ্গোইম্বা
৬। য়েংখোইবা মেঙ্গোর
৭। মাইব্যা
৮। কৈকংবা
৯। হাজারি
১০। কোন্দুম
১১। কোকঙাং
১২। ফৈরাবা
১৩। মণিতোম্বা
১৪। লাম্মী ময়াম অমদি কাঙৈজলোই

নুপী—

১। মমাশীজ
২। শকমচা
৩। শীজ লুখ্রা ( অসিনচিংবা )

# শঙ্গোইসনা

( ১—১ )

অহানবা অঙ্ক

( অহানবা উৎপা )

খুৎলাই ঔরাইনবগী মওং

(ইম্ফাল তুরেল তোবর্বাম্নি, য়াইস্কুল মচাশিং চহি ১০/১৬ লোম শুরবা পাখঙ মচাশিংগাময়াম থাঙ হায়দুনা ঔবাইনরি, তা ঔরাইনারি। থাং. চুঙ্গোই, তা চুঙ শেংদোকপা লোইরগা মকম চানা চানা থমলি। অঙাং পুম্নমক লোথাং ফুরিৎ, থবাক্তা কুদাম পানবা লিংলি শাইগকপা ফুরিৎনি থু মথা থন্না থরদা হেনবা ফৈজোম মশেৎনি গুপ্পা য়েপথংলি খুদৈ অমমম য়েৎতুনা য়ান্দুনা পুনৈ। শঙ্গোইসনা কোন্না হায়রিবা ফিজেৎ অসিদা থোরকই ময়াম পুম্নমক খুরুখুদক কুন্দুনা খুরুমনৈ।)

শঙ্গোইসনা— মরুপ পুয়.ক, এ্রাক ইমাগা বা অমতং ঙাংনরিঙৈদা থন্না থেংদোকক্রে — ঐবু ঙাকপীয়ু।

ময়াম— থোইনা থেংদেনা ঐখোয়স্তু হৌজিক্তা লাক্লরি।

শঙ্গোই— ঙাসদি ইতাও ঙানথোই তা ঔরাইবদগী হৌরসি।

ঙানথোই— ফনি ইতাও (মফি য়াল্লিবা অতুনা ফৈজোম গুপ্পা য়েপথংলগা মথক্তে কিসি শেৎলে ময়ামদা খুরুম্মে। চংশিন্দুনা মরাইবক ও লক কংলগা তা পাইরে মথুং নাম্মনা চোং পাইরে, অতুগা পোজদা লৈরগা লাওরকই)।

শঙ্গোইসনা

নহাদি যাত্রাদি,
অহল্লুপ পানা মচাদি,
হৌ, হৌ, হৌ।

( হায়রগা তা খোঁশাবা হৌখ্রে লোইরগা )

শঙ্গোই— মথংদা ইভাও কালাগা চন্দ্রগা থাং ঔরাইসি।

(অনিমক হৌগৎলি মফি শেন্মী ময়াম খুরুন্মী ময়াইবক ও লক কত্তুনা থাং চুংগোই লৌখৎলি, হন্দোক্তুনা নাকন নাকন লেপই খুরুখুদক কুন্দুনা খুরুমনৈ অহুগা থাং হায়নবা হৌখ্রে। শাওনরকই মতম অসিদা শঙ্গোইনা থাং অমা লৌরগা ময়াইদা খান্মী অহুম্মক য়েংনৈ।)

কলাগা চন্দ্রগা কৌন্নৈ।

(মরক অসিদা ইম্ফাল তুরেল রাংমদগী ব্রহ্মপুর মচাশিংনা লাওরকই। য়াইস্কুল মচাশিং শান্নবা লেপ্তুনা ভাই।)

১ না— হরি হরি বোল।

ময়াম— হে হরি।

১ না— হরি হরি বোল।

ময়াম— হে হরি।

১ না— হরি হরি বোল।

ময়াম— হে হরি।

১ না— য়াইস্কুল মচা মুক্না শান্নশিকো (২)

ময়াম— হোই - হোই (২)

১ না— লোংখ্রোনা

ময়াম— তিক, তিক।

১ না— নিংগোঙনা,

ময়াম— দম, দম।

১ না কমলাক্ কোৎপী

ময়াম— লোংগ্রাক লোঙ

শঙ্গোইস্না— তাউ ! তাউ! য়েংউ করি লমগী মচানো লাউরিবসে।

ইবোচা— সনখ্যা, ব্রহ্মপুর মচাশিংনি — আ — তুঃ তোবর্বান্দা লাউরিবসে।

শেঙ্গোইস্না — ময়াম খুমশিকো।

ময়াম— সনখ্যা।

শঙ্গোই— হরি হবি বোল (২)

ময়াম - হেঃ হরি। (২)

শঙ্গোই— হরি হরি বোল (২)

ময়াম— হেঃ হরি। (২)

শঙ্গোই— ব্রহ্মপুর মচা মুক্তা শানসিকো, (২)

ময়াম— হোয় হোয়। (২)

শঙ্গোই— লোংগ্রোনা,

ময়াম— তিক, তিক।

শঙ্গোই – নিংগোঙনা,

ময়াম— দম, দম।

শঙ্গোই— খুদোংনা,

ময়াম— শেৎ, শেৎ।

শঙ্গোই— কমলাক কোৎপী,

ময়াম— লোংগ্রাক লোঙ।

ইবোমচা—(খুনিং কাণ্ডহুনা য়েংঙুরগা) মখোয় ময়াম তুরেল লাল্লবএ, তুরেল লাল্লবএ।

ময়াম— য়েঃ য়েঃ লাকএ লাকএ।

শঙ্গোই— মণিতোম্বা নখোয় খরা খুংলাইশিংসে থম্মুচো।

( ময়াম লম্পাক ফহুগী মায়কৈ অমদা বোয়না ফমলে। মায়কৈ অমা হাংলিবা অহু লাক্লিবা ব্রহ্মপুর মচ'শিংনা শঙ্গে'ইস্নাদা খুরম্মী অহুগা লোয়ননা ফমখ্রে। )

ব্রহ্মপুর ১বা— মুক্না লম্বা অসিবু সনখ্যানা শিনবীগদ্রা? নত্রগ……।

শঙ্গোই— ইতাও ইবোমচা নং শিল্লো অহানবদা মব পখোয়দগী ঐগী লাম্বা অমা পিরো? (হায়হুনা মফি শেম্মী কিশি শেৎলি)

ব্রহ্মপুর ১বা— য়েঃ নৈগনি সনখ্যাগী লম্বাদি ঐগা হেক্তা! (মফিশেম্মী)

শঙ্গোই— ফরেনে।

( মুক্না শান্নবা )

অহানবদা খুরু খুদক যনশানা মাইকৈ মাইকৈদা লৈনৈ। খুরুমনৈ, খোংফম চেৎনা চংশিন্নৈ, খুৎ নাম্মা নাম্মা পাইনৈ, ফি পাইকম পিনৈ, লেং তান্নৈ শঙ্গোইনা লোংখ্রো চল্লি তুরে। মাইকৈ অনি নিংথিনা কোনথংনৈ অসুং মুংশিনা কোন্নৈ।

( মতম'সিদা সনখ্যা য়াইস্কুল লাকপা মনাই হাজারীগা লোইননা কোম্নুং কারকই, হেক উবদা অঙাং পুম্নমক খুরু-খুদক কুম্না লোইনমক খুরম্মী সনখ্যাসু ওকই। )

য়াইস্কুল— ইচাশা নখোই মুক্না শান্নরিব্রা?

মন্নাম— ঐগ্যা।

য়াইস্কুল— অহুনি ইপা ইপুগী নাৎনি. নমান্নবনা লাকচদনবা নখোই নশেল হোৎনগদবনি খৎন-চৈনবা য়াদে য়াম্না মুংশিনা চান্নবা ভিন্নগদবনি. ৎকশি-খাশ কায়নবা য়াদেকো, শাম্নৌ শাম্নৌ ইপা কোমুঙ কাকুখিগে, চৎসি হাজারী।

হাজারী—ঐগ্যা।

Light

(১—০)

য়াইস্কুল্লাকপগী লৈকোল

শকমচানা মমা নিংশিংলকুনা তেংথারি —

"তেংথা ইশ"

শকমচা— মীগী মমাদি ইমা ওইবা য়াদে,
মীগী মযুমদি ইয়ুম ওইবা য়াদে।
য়াইফ মুংঙাইগী অকে অমৌনা,
কাওহনবা ঙমদে ইমাগী মুংশিবা।
মমাগা মচাগা মুংশি চান্নবা
উংগা কাইথরে নচাগী থম্মোই।
লাইরমলেন পাংথ্রবী অপোকপী পলেম,
কাওরবরনে ইমা পাংথ্রবী নমোম।
অচিকপা চিংগোল নিংথাইরবা থাংপোক
শেগাইরবা ফিজোম্দা বংলবা মাইথোং,
মুংশিনা কোনবিবা নথাদা য়াতাবা,
হুন্দক্কী মপোক্কী ফংঙরোইদকো ইমা।

শঙ্গোই শকমচা, শকমচা, নহাক্কী কপ্পা তেংথাবসি তোক্লোগবা ইৰেম্মা। নহাক্না কপ্পা উরগা ইবুংগী থম্মোই অসি পুবা ঙমদে, মুমিত্তুগী খোঁদোক্তো তত্তনা ইমিংসিদা উই। খাংঙমদবা মৈচাক্না থম্মোইদা মৈরি থোক্না চাকলকই। অদুবু তাইনক্কম থংদ্রবা, লম্মনশিংফম থংদ্রবা পাঙ্গল থোকপা য়াদ্রবা মৈচাক. মৈচাক অসি নহাক্কী কপ্পা তার-তারগা থোইনা থোইনা মৈচাক হেল্লকই, করম্না থাংগনি। শ্রীগোবিন্দগী জগোই রাস থুরম্বা লাকচবা লাঙ্গদবা ইপা কয়া ইমা কয়া মুপী অঙাং কয়া তোপ্পা পোখাইরকপদা পান্দুনা ঈঙাং পাতক্লনা শিথিবা কয়ানা শিঙম নাঙমদনা তোপকী মৈচাক খাংনা, ঈখেং শিন্থ শিন্থনা লৈমাইদা ওনখিবা ইবুংগী পুন্সিগী কাউবা য়াররোইদবা মুমিংনি, মুমিত্তুদা লৈখিদ্রবা ময়ামগী চিত্তা পরেং মৈরি মকা লাম্না চাকলকপা মতমদা নহাক্কী ইমাগী চিত্তাদা চোংশিন্দুনা থবাই থাগে থৌরাং তৌরম্বী, নংগী থবাই ইবুংনা কল্লকপনি।

শকমচা— কনৰিখিবত্রুনা হিংজরি ঙসি ফাওৰা কপ্পা কপ্পা "ইমা কায়না মৈচাক"।

শঙ্গোই-- করিগী কপ্পা কপ্পা ওম্থোকপনি শকমচা নহাকসে ভাব শুক্তা তাদে, তাননবা ফনয়াম্না তাক্লে অদুবু শুক্তা তাদে। ইপা কয়া শিগ্রে, ইমা কয়া শিগ্রে মুপী অঙাং কয়া শিগ্রে—হায়য়ু শিগ্রিবশিংসি কনানা হাংজি! কনানো মিহাৎপা!

শকমচা— বৃটিশ সরকার।

শঙ্গোই— বৃটিশ সরকার অদুদি ঐখোই করি তৌবা তাই।

শকমচা—ইপা ইমাগী মংলক তানবা তাহং।

শঙ্গোই— অদুদি হৌজিক কপ্পগী মতম ওইরিব্রা ?

শকমচা— নত্তে, লম্মন খুম্বা।

শঙ্গোই— লম্মন খুম্বগী মতমনি। অদুবু অয়াইবদি নত্তে সরকারগী লমদি অমুক্কী মতিক পাকপ্রে চাওপ্রে মুমিং তাদে হায়ই। মুখ মদু ঙাক্লবা লাম্মী কয়া য়ামথবনো অদুবু পাবুং সনখ্যানা তাকপিবা "লৈ নিংজবনা কল্লবদি থুংদবা লৈতে।" মখোয়না পাম্মী মণিপুর লৈপাক লোইচনবা, প্রেক্ষ অপুম্বা মখোইগী মীনাই ওইবা, মদুগী লালহৌ অমনি শ্রীগোবিন্দগী জগোই রাস থুগাইবা, থোদোক্কুগী লাইবকথিবদা য়াওথি নংগী ইমা, অদুগা নংনা শীজরগে থৌরাং তৌরকপদা ঐনা নংবু কল্লি- করিগী ! লম্মন খুম্বা, লমন খুম্বা...... ।

শকমচা— লম্মন খুম্বা !

শঙ্গোই— ঐদি লম্মন খুম্বগী রাখন্দা অহিং-মুংথিল মতম পুম্নমক্তা লাইনিং চেৎলি, খল্লী মতম অদো কয়া রাংলিগবা। অদুগা তেংথাদুনা রাখল শোম্বদুনা নশা শোম্বহল্লি নংনা। নত্তে মদু থাও পায়য়ু পাঙ্গল কলহলগদবনি, থাও হায়বা তম্মু য়েক্লবা করম্না মাইথিবা পিবা ঙমগদগে খল্লু। ঐগী ইমাসু নঙগী ইমানি ঐগী পাবুং নংগী পাবুংনি। ঐহাক ইশামক নহাক্কী নবুঙনি। ইচলগী করি রাংকনি লিঙজেল লৈয়ু থোনা ফৌ কাওগনু থোনাফবী লিম্হোইংবী মৈতৈচনুনি, নহাকসু মৈতৈচনুনি য়েক্লবা অমত্তগী লাম্বা নত্তে য়েক্লবা চাম্ম চাম্মগা লাম্বা পাংগদবনি। সেঃ থাও অসি লৌ কপকদোবা নত্তে থাও তমগদবনি।

খ্বাংচেৎ শেৎলু ইকায়বা হঙ্গোইবা পাণ্ডদবগী থবক থান্না লঙথোকখো— ওইয়ু অশেঙবা মৈতৈ মুপী।

শকমচা— (থুকন্না) য়াম্মুং! (শঙ্গোইসনা থাং পীবা)

শঙ্গোই—তাইবং মী পুম্নমক হিংনিংই। হিংনবা হোৎনবদা লেপত্রবা লানকম থেংনৈ, মহৌশাগী তমথিবা য়ৈথাইবম্মু কন্না থেংনৈ অতুবু হনবা লৈতে মীওইবনা শিবফাওবা লাল থেংনৈ। খংউ শিবনা মীওইবগী অরোইবা তাঙ্কনি। হিংলিদৈদা চেৎত্রবনা ইনশিল্লি লাক্কদবনা চিংশিল্লি লানফম অসিদা পু কং লৌশিংনা থুৎলাইনি, চারগা, তুম্মগা থরা নোক্লগা, থরা কপ্লগা শিদোকথিববু পুন্সিরা, মীগী অর্থবু মতুরা কান্নদে শকমচা ঐহাক তেংথা ইশৈ তানিংদে শকউ শকশি ইমাগী য়াকাইরোল।

ইশৈ ( লোইননা থাংগী জগোই )

শকমচা + শঙ্গোই—

মণিপুরদা পোকই, মণিপুরদা চাওই,
মণিপুরদা হিংলি, মণিপুর মচানি।
ইমাগী ঈনি, ইমাগী হকচাংনি,
ইমানি ধর্ম্ম, ইমানি ঈশ্বর।
পানগনি নিংতম্নামণিপুর লৈমাইনা,
য়াতানি ইংনা ইমাগী মথাদা।
তানগনি লাইরবা জাতিগী য়েক্লবা,
মাঙহনগনি তুম্না মীওইবগী য়েক্লবা।
ইমানা পাম্মী শাকবা মচা,
ইমানা পাম্মী লৌশিংবা মচা,
ওমথৈ লনগৈ ডাকপা ওম্বা
মমানিংবা অথোবা মচা।

**Light**

## অহুমশুবা উৎপা

### শঙ্গাই মাঙ্গোল

( মহারাজ কুলচন্দ্রা. যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং জেনেরেল থাঙ্গাল বা তান্নরম্মী। )

কুলচন্দ্রা—অকন অথৌ পোকপী ভারত লৈকোয়্নুংদা তোমথিন ওইনা শাৎচবী ইমা "মণিপুর" তা মতাইরে মীনইগী য়োংহ্লিং চনখ্রিবা. য়ুমলোন্নবী নমান্নবী লৈবাক পুম্নমক লোয়্না খুদাং পিক্‌ম তৈত্রে। জাতি মশিং য়ান্নবা ধর্ম্মগী হৌফম ওইরবা ভারত ভুমিগী অকন-অথৌ পুম্নমক্না, লিংজেন মান্নদবা অমদি চাওথোক্লবনা মরম ওইতুনা মাংগ্রে অরেম্বদা, ঈঙাং পাঙতক্লখরে ভারত শিন্থুংনা। য়েক্লবগী কল্লবা নোংলৈ-মুংশিৎ মরক্তা "ইমা" মণিপুর, করম্না থাংঙমগনি। ইচিন-ইনাও খৎনরে, শাগে নাতৈ য়েক্লরে. কল্লকপগী মমাংদা চাংতারে, য়েক্লবনা খুদোং ভাইরম্বা মীহৌ লাংদা তাগ্রে। লৈপাক পুবা লুচিংবা শাবা কাংবুনা, মহৈ মহৈ কল্লক্লবনা, তান্ন হিগুম লাকপনা, মহারাজ চন্দ্রকুর্ত্তিগী বংশদা বাহৈ খুদিং কিশি কি, মহৈ মহৈ মুক্লবনা মাঙনবগী লম্বী ওইররে। মাংগ্রে মণিপুরী মচাগী মান ইজ্জত পুম্নমক। মচিন-মনাও মুংশিনবগী মরি থদংলগা য়াম্থুং ইবুংঙো মুংশিবা মহারাজ শুরচন্দ্রসু মণিপুরগী সিংহাসন থাদোক্লগা চংগ্রে মীরৈবাক্তা. ইনাও পাকাস্নাগা লোইননা। সমুদ্র ইবাংমাগী মচা ম্লেছ, মীরৈবাক মচাদা মতেং নিক্লরি, মণিপুর রাজ সিংহাসনগী, মণিপুরগী নিংথৌ খুভমগীদমক্তা.

অদুবু ড'স সিংহাসন অদুদ' ফমদুনা নিংথৌ ওইরি মনাও কুলচন্দ্র ঐনা ; অদুগা লাল শোক্করি হৈচশিংগা, ইমা লৈবাক মণিপুর, মীগী মীথা পেম্মনবা। মকোক নোঙশিংদবা, মীনায় ওইনা হিংনিংদবা, মচুগী মরু "লাল". লাল অসিদা মকুপ-মপাং, মপা-মচা ইচিন-ইনাও, জাতি বিজাতি থায়-দনা কংলি বলিদান। থংত্রে ইপু ! করম্বনা অচুম্বনো, লৈপাক প্রজা মুংঙাইনবগীদমক্তা পায়বনি নিংথৌনা রাজ-দণ্ড, অবা-অনা কয়াদগী কন্নবা. অদুবু হৌজিক্তি "লাল" লাল তৌবসিনা চুংলিবরা নত্রগা চুমত্রবরা ?

থঙ্গাল— ইনিংথৌ ইবুঙো মুংশিরবা। মহারাজ কুলচন্দ্র লাল তৌগ-দবনি. মৈমুংদ চংল-চংলগা সনাগী মচু হেনবগুম জাতি অমনা মচুমু লালনা লোক্কদবনি, মুংশিনবা হেল্লকনি, মথৌনা লৈবা হেল্লকনি, হেঙ্গৎলক্কনি অঙকপা ফংনা থাংবা কনবগী শক্তি।

কুলচন্দ্র — ভুগলীকী মতুং ইন্না ভারত-ভুমী হৈরাং মপুম অমত্তনি। দেশ ময়াম অসিনা হৈরাং হৈগুং নাইবতনি, অমত্তা পৃথিবী পুম্বনা উবা শকযমদি ভারত ভুমীনি, মসি মহাভারতনা প্রমান্নি। অদুবু ইপু ভারতবর্ষদা লৈবা জাতি ডাক্কনা লান্মী ওইরগা মীরৈবাক মচা থরভনা লুচিংদুনা ভারতবাশিশিং অসিনা মশাগী মান ইজ্জৎ, ধর্ম্ম, পুম্নমক কাওথোক্লগা, মথরাই হিংননবগী মীৎকি কুমৈগীদমক্তা পোন্দুংদা, তোল্লবা পিক্লবা জীব থুমু অনি থাজিল্লগা তুহৎনবগুন ঐথোক্ল মশেন লাল শোক্করি। মুংশিনবগী থৌরি থদত্মুনা থুগাইবগী ইপাক্তা লংথরি, মতুদা

ঐখোয়না তাওরি কাওশিং ওইনা। হন্দক্কী লাল অসিদা য়াও-রক্লি গুরখা, পঞ্জাবী, শিখ, বঙ্গালি অমদি মুসলমানচিংবা ভারত ভুমিগী মচা ভাক্তা, লোয়নরক্লি মণিপুর ইমাগী মচা চৌংগী ইচিন-ইনাও, য়াওরি মৈতৈ ইশা! লাল অসিদা য়াওরুবনা মখোয়গী করি কান্নবা তুংগী মরৈবাক্কী মভাঙ্গী করি ওইহৌগনি হায়বগী খন্থবা ঙম্বাগী শক্তি লৈত্রবরা? পাংত্রবা অয়ম্বা চানবগীদমক্তা হিংলিবা মীরা? থোক্লক্লিবা মতমগী খোঙচৎ অসিবু ইপু; ইমা মণিপুরগী মরাইবক্তা? নিংথৌগী লাইবক্তা নত্রগা প্রজা-গীরা?

থঙ্গাল— য়েক্লবগা মরুপ শাত্নুনা মমা লৈবাক্তা লান্দারক্লিবা মখোয় অসিদি অপঙবা মশাগী মাঙনবা তৌবদা নত্তনা জাতিগী লৈবাক্কী মাংননবা তৌরে হায়বসি ঐখোয়না তশেংনা খংলেদো। মসিবু ঐখোয়না কলহৌত্রবদি, ভাবহৌত্রবদি ধর্ম্মগা লোয়ননা মণিপুর সনা লৈপাক মতম কুইনগীদমক্তা লৈখা ভাহৌরগনিদো নিংথেম। মখোয় অসি জাতিগী য়েক্লবনি, লৈবাক্কী য়েক্লবনি। য়েক্লববু হাংপা হায়বসিদি থোইদোক্লা ক্ষেত্রিশিংগী মথৌনি। প্রজা কংনিংঙাই ওইরবস্থু, হেক পোকমিন্নবা ইচন-ইনাও ওইরবস্থ য়েক্লববু হঙ্গৎতুনা লেবাক প্রজা কনবা হায়বসি নিং-থৌগী মথৌনি।

টিকেন্দ্রজিৎ— দেশ ইবাংমা মচাদা কোক নোন্দুনা পোকমিন্নবা মচিন মনাওগী বাথোক, ইমুং-মনুংগী বাথোক্কীদমক তুং ফাওবা বারী-নহৌনবা থবক পাংথোকপিরম্মীদকো য়াম্নুং গুরচন্দ্র! করিগী অহুক পুকচেল পিকপগে?

থঙ্গাল—যুবরাজ ! য়েক্লবগা মরুপ ওইবদি ঙাইহাক্কীনি, মমুংদা ঐখোয়বু মখোয়না মীনায় ওইহল্লিংই. ইথক্তা নেহ্না পাল্লিংই। লৈপাক অমত্তগী মচা, মমা অমত্তগী মচাশিংনা মুংশিনবদি ঙাইহাক্কী নত্তে হায়বা নয়াম্বুং ইবুংঙো শুরচন্দ্র মহারাজনা থম্বা নংহৌদ্রে। মনাও ইবুংঙো পাকাম্নাগী ইংিন্দা অত্থম্মক তাওগ্রবনিনা।

টিকেন্দ্র— অপাম্বা, মিংহৌবা, মীগী চিরোন থাঙ্করুবদগী ইচিন ইনাও মশেল হাংনদুনা শাগৈ অমদি জাতি যাওবা মুৎলবা য়াই। মতম অদুদা য়েক্লবশিংনা খুবাক থুদুনা নোকনি. উশিত্তনা কাখিনি সিংহাসন! লাঙত্রবী মচাশিংগীদমক্তা থল্লবী ইমা লৈবাক্কা খুদাং পিফম তৈহৌগনি। ঐখোয় মশেল মুংশিনর-বদা পুকচেল লিচিং মাল্লরবদা অপুনবা শক্তি অদুগী মমাংদা করম্বা পৃথিবীগী শক্তিনা লেপ্পা ঙমগনি।

থঙ্গাল—ঐগী শাগৈ, ঐগী জাতি, ঐগী ইরৈবাক করম্না মাংহনগদগে করম্না থুগায়গদগে খল্লিবা মখোয়শিং অদুগী বাখলদি অৱাবনি। য়েংবিয়ু মহারাজ জাতি অমগী হৌনবী কায়ররুবদা জাতি অদুগী নিপা মুপী পুম্নমক মনিং তমলকনি, জাং-ওজাং থাইনরক্লোই লাম্নবা মচানা থল্লকনিদো ইনিংথৌ। পুম্নমক অসিবু ঙাকপদি নিংথৌগী মথৌনিদো ইনিংথৌ।

কুলচন্দ্র—ইপু! পুরানগী বা "শা মমাঙদা অঙৌবা মকোক কেনগনি", কেল্লে। লৌনম চাওবা ম্লেছ চেনখরে। অশাওবগা লোয়ননা মুকথ্রবী পাইবগুম অমুক লাঙংলকইবসিদি, সরকারগী লাম্নী য়ামগ্রবনি। ঙায়োক চফুদগী ঙা কাবগুম্না মণিপুর জয়

তৌথিগনি। ঐদি বাদবা ওমদে ইপু। হাঃ গোবিন্দ ইবুংঙো করি হায়না তমলিগবা।

টিকেন্দ্র— মণিপুর সনা লৈবাক্কী নিংথৌরেল সনা পুরিং লাংবিগনু য়াম্বুং, হৌগ্রবা থবকনি থোইনা হেন্না থনবীরুগনু। মাঙদা হৌজিক তারিবা থাফত্রবা থবক্কী হান্না থন্নবনা, মায়োক্নবনা হেন্না ফগনি থল্লি ননাওদি য়াম্বুং।

থঙাল-- অচুম্বনি ইনিংথৌ! ননাও ইবুংঙো যুবরাজনা শ্রীযুক্তা হঙৎলিবা বাফম, পুন্সি লালফমদা লাক্লগা লালবু করিগী বিগনি। হৌগ্রবা থবক্কী মুংনাংবনা কায়রোই, থোকগ্রববু নিংশিংহনা হন্না হন্না বাফরোই।

টিকেন্দ্র—ঐগ্যা! হন্দক্কী লালফম অসিদি চেনফত্রবা লালফমনি, করম্না নিংহম্নগনি। সাহেব হাৎলবনু হাৎত্রবনু শোয়ফত্রবা লালফমনি। মথোয়না ভারতপুম্বা জয় তৌবা পাম্মী। অহুনা মথোয়না ভারতকী দেশশিং অসি মথং মথং জয় তে ং ক্লি। মণিপুর স্না লৈবাক মথোয়গী পান্দমনি, মথোয়গী পাঞ্জনফমনি। ইনিং-ইথা তম্বা পাম্বা ঐথোয়গীদি "লাল" মাংদা হেক্তা লৈবনি। মচেৎ-মচেৎ তারবা ভারতবর্ষগী দেশ মরাম অসি মথং মথং জয় তৌরকপগা লোয়ননা লাম্মী থোমহনা মেছ ইরাংম মচাগী লৈবাক লোকপী শান্নবদা থুংলাই ওইনা ভারতবাশি ঐথোয় ইশেল শিম্বিন্নগদৌরি, হাৎনগদৌরি অমদি মুংশিনরোইদৌরি মসিগীদমক্তা বাদবদি ওমদে। অহুবু

য়াম্মুং থোৌনা লৈবা মণিপুরনি, মীখা থানা হিংবা হৈনদবা জাতিনি। পিক্লবা খুঙ্গোক অমত্তা ঙায়রবা মণিপুরী জাতিনা পাক-চাওরবা সাম্রাজ্যগী মপু ওইহিবা সরকারগী মশিং লাক-ঙমদ্রবা লাম্মী জাৎ ধর্ম্ম কুচু তিন্নদ্রবা মথোয়রবু হুইদগী হুম্বনা থল্লবশিংসিদা ঐখোয়না তম্বীরমগনি—পৃথিবী পুম্বগী মমাংদা মনিংতম্বা লৈবাক্কী মী অমগী মথৌ অমসুং মথৌনা করিনো হায়বা। চরু-চহুন চারবা শা-ষণমী মত্তৌগুম মীগী য়াথং ঙায়না মীখা পোল্লা হিংবদি ননাওদি পামজদে য়াম্মুং। চৎত্রিবা অথৌবশিংগী তুংইন্না ননাও লাল চৎচগে ম্না য়াথং পিনবিরো।

থঙ্গাল— তপথবিখৌ যুবরাজ, মনাও ইবুংঙো ফিংগৎপিথিম্নু। মতম খরা খিজিক্তং চাকাত্রি। লিক্লাই ইবুংঙো নিংথৌরেল ম্না পুক্লিং ৱাবিগম্নু। ইমা লৈবাক মণিপুরগী অমদি শ্রীগোবিন্দ-জীগীদমক্তা মণিপুর প্রজা লৈরি। য়েংবিয়ুদো নিংথেম! মরাল লৈজদ্রবা, শ্রীগোবিন্দগী রাস দর্শন তৌজবা মুপী অঙাং, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব খিবিকপু অহিংদা লোম্না লাল হৌরক্লুনা হাৎখিবগী "সাহেব মঙা হাৎখিবনসু পেন্দেদো" মণিপুর প্রজানা অশাও-বগী মৈরি মুত্রিঙৈ অসিদা অমুক্তা সাহেবনা লাল তারকই হেক তাবদা, লমন খুন্নিংবগী মৈনা লৌনম্বা শাগী শাজৎ চৎপা সাহেব-শিংবু থাংগী ময়া অথৌবা, তাগী মতোন অতুম্বনা ওক্লবগীদমক হৌ, হৌ চোংহুনা লৈনবনিদো নিংথেম। মসিদা নিংহন্নবা য়াবা নত্তেদো লৈপাক প্রজাগী নিংবগী ৱাংমনি। শোয়ক-দ্রবা লানকমনি শোয়কদ্রবা।

টিকেন্দ্র— হৌজিক য়েক্রবশিংনা লাঞ্চংলক্লিবা অসি তুম্মু, কাছার, কোহিমা মাইকৈ অহুম অসিদনি। মতম অমত্তদা মাইকৈ অহুম অসিদগী লান্দারকপা, ঐখোয়গীসু শ্রীযুৎকী সনা য়াথংনা খোংজোমদা য়েঙ্খোইখং মেঙ্গোর লাম্মী চাতরেৎকা লোয়ননা থাগ্রে। লাইশ্রব জম্বুবান, মাইব্যা তাম্রসিং, হৈগ্রু জাম্বা পোইলা লাম্মী চানিপাল পুন্থনা থিবোমৈ পাংগ্রে। ময়াংথাংদা তেঙ্গোল শাগ্রে। তোংজৈ মরিন্দা মক্লাইবুংঙো কলাসনা ঙাংবা লৌরুংপুরেন, য়েঙ্খোইবা পোইলা, নোংজোম্বা পোইলা লাম্মী লিশিং অমা পুন্থনা লাইমতোন্দা তেঙ্গোল শান্থনা লৈগ্রে। অতুগীসু মথক্তা খাগী লালফম অসি থরা কল্লি তাবদা চোংথামিয়া মেঙ্গোর লাম্মী চাতরুক পুন্থনা অমুক্তা পাগ্রে। অমুকসু বাংখৈ মৈরাবা মেঙ্গোর লাম্মী চাতরেৎকা লোয়ননা থোমজিনগ্রে। মতিক চারবা অথোবা ঙাক্তনি, চিংননিংঙাই লৈত্তে ঐগ্যা।

( মতম অসিদা শঙ্গাইশঙবা চংলকই। নিংথৌ খুরুম্মী )

কুলচন্দ্র— করি হায়নিংই ?

শঙ্গাইশঙবা— ননাই শগোল পাঙ্ড অমা লাকই।

কুলচন্দ্র —থুনা থাজিল্লকউ। ( শঙ্গাইশঙবা থোকখি। শগোল পাঙ চংলকই, খুরুম্মী। )

কুঃ চন্দ্র— মাইকৈ কদোমগী পাঙনো ?

শগোলপাঙ্ড— খা মাইকৈগী পাউনি ঐগ্যা।

কুলচন্দ্র— ভম্মু, করি করম তৌরবা ?

শগোলপাউ— য়েখোইবা, চোংথামিয়া, মৈরাবা মেঙ্গোর অহুর পুল্লবদা মণিপুর লাম্মী পুন্নমক হুরাউবগী ওমথৈ লৈখিদে। মৈরাবা মেঙ্গোরনা লাকপা মতমদা বাংজিংগী মনাউ চীংখোংদা সরকারগী লাম্মী পৈরম্মী। মৈরাবা মেঙ্গোরনা উকায় তকপগুম তকথোকপা য়েংবদা অকিবগী মশক্তি ঐগ্যা। অথৌবনি মৈরাবা, মতম অসিদা সুংঙৌপোকপিদা সরকার লাম্বল শারম্মী। লাম্মী থরা পুরগা মৈরাবা মেঙ্গোর লাপ্পাবা চংখি-বদা য়েক্লবগী লানশঙদা থাংমৈ ভাল্লা থান্দুনা লাম্মী ময়াম লৈরম্মী। মৈরাবা মেঙ্গোরনা পাইরিবা থাং অহুনা সত্রি অহু মঙক কক্লগা চোংশিন্দুনা ময়াইদা য়াল্লিবা থাংমৈ অঙানবা অহুগী থৌরি ককথংলি। অহুদগী লৈরম্মীবা লাম্মী ময়াম অহু অঙম্বা মথৈ হাংলমলগা অহুদগী……।

টিকেন্দ্র— অহুদগী করি ?

থঙ্গাল— মথা করি ?

শগোলপাউ— চোইনা লাকপা গুলি অমনা য়াইবী থবাই লৌগ্রে।

কুলচন্দ্র বাংথৈগী মৈরাবা মেঙ্গোর 'তুপ্রবা !

শগোলপাউ—মণিপুরগী লাম্মী পুন্নমক মিত্তা ইরা চেন্নখি।

থঙ্গাল— অহুনি মেঙ্গোর। নথৌ খংইদা অথৌবা। ঙসি নিংতম্বগী লানফমদা য়াইবী থবাই মাংবদি মণিপুরগী ইতিহাসতা সনাগী কালিনা ইহৌরগনি। থাগৎনিংঙাইনি—হেঃ মণিপুরগী অঙ্গোম্বা। ( শগোল পাও চংখি )

টিকেন্দ্র —( খুউ লৈভাহুনা ) য়াম্মুং। মণিপুরগী নিংথৌয়েল।

মতম অসি চারক্লে, ননাও লান্দা চৎচগে স্না য়াথং পীবিরো।

( কুলচন্দ্র থুমদ্রে )

টিকেন্দ্র—মণিপুরগী লান্মী পুম্বনা য়েক্ল-মাইরোং য়ারগা নিংথৌ শাগৈ-দস্নু পোক্লবা ঐনা লেম্না লৈথোকপা ঙমজররোই। ইকৈবাকী-দমক্তা থবাই অসি কৎচগে সনা য়াথং পিবিরো ইনিংথৌ।

কুলচন্দ্র— ইনাও, য়াম্না লুরবা মতাংনি। নহাক শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌ। মাগী সেবা থারগা নংনা করম্না চৎকনি।

থঙ্গাল— মতম অদো কুইররোই। থক্তিক ঙম্না থোকপননি, হুম্নুরবা ঐ অসে মতম অদো ঙাইরিবনি। লালগী লালওং য়েংখিসি; শ্রীযুৎকী স্না য়াথং লাকখিনি। উম! হৌজিক নৈরাবা তুপ্রে অহুদি শ্রীযুৎকী সনা বুদ্ধিদা অথৌবা কনা অমা —!

কুলচন্দ্র— অঙম অথৌ পুম্নমক হৌজিক লুরবা মতাংনি, মণিপুরগী থোইদোক্লা খুদোংথিরবা মতমনি। স্না লৈবাক ঙাক্লবা মণিপুর প্রজা কন্নবা তাকপিয়্, ইপুথোইস্নু করম্না মথংগী থৌরাং!

থঙ্গাল— অকনবা পোকপী মণিপুর ইমানি। মপারী মদাইরেম তম্নুক য়াম্না হিংলিঙৈদা ইমানা কদায়দা নোপকনি।

টিকেন্দ্র - মসিদগী হেনবা ওাঙ্গা লাকখিগদ্রা! ফিগাও শানা য়াজরি য়াম্বুং, ননাও লান্দা চংঙগে ম্লেছ লমহুইগী থোঙ্গুল মণিপুর সনা লৈবাক্তা তাহল্লোই, য়াথং পিবিরো ইনিংথৌ।

কুলচন্দ্র— ইয়াম্বগী কোইরেং! নহাকী নথৌ শ্রীশ্রীগোবিন্দজিগী সেবা কায়দবা, নহাকী নথৌনা নরৌশিং অনিমক মহুদা শিজিম্নৌ। হুন্দকী অসিদি য়াম্বুং য়াইস্কুল লাকপা থানিংই ময়াম্না ইপুথোইনা করি তাকপিগদবা—!

খজাল— ননাই ঐখোয় লোয়না য়াজরি। থাগদবনি সনখ্যা য়াই-স্কুল লাকপা অথোবমকনি।

( শঙ্গাইশঙবা অমুক চংলকই )

কুলচন্দ্র— শঙ্গাইশঙবা করি হায়নিংই ?

শঙ্গাইশঙবা— সনখ্যা য়াইস্কুল লাকপা লেংঙকই।

কুলচন্দ্র— য়াম্না তান চারে, লেংশিল্লকুবা হঙ্গৎলুচো।

শঙ্গাই— ঐগ্যা ( থোকখিবা )।

কুলচন্দ্র— পৃথিবীগী কাচিন অমদগী কাচিন অমা ফাওবা শঙ্গোক্লি মেহকী লৈবাক। লিংজেল মায়জবা মশা মশাগী চাউজবতা পামলবা লৈবাক মচা মচাশিং অসি মথং মথং জয় তৌরক্লি। মখোয়গী মীনায় ওইহল্লক্লি। হাঃ হাঃ হাঃ ঐখোয় মশেন হাংনবগা অপাং থৌনাদগী ফংলি ঐখোয়না "রাজা, মহারাজ নবাব নজ্রগা সুলতান" অহুগা ওইরি মখোয়না "সম্রাট" পুম্নমকী মথক্তা। লোমমম শুকম থোকপা, হিংননবা, ইরৈ-বাক ভাকচকম থোকপা অহুবু শাক্লি, মখোয়গী থৌরম থৌদাগী মতুংইন্না। ( মতম'সিদা য়াইস্কুল লাকপা চংলকই )

কুলচন্দ্র লেংশিনবিয়ু য়াম্মুং।

য়াইস্কুল— লালগী পাউ ভানিংহুনা লাকপদা লমখাংদা পাও থাবা নিপা অহু থেংনরে। করি হায়গদবা লৈবা নিংথেম য়াইমা।

কুলচন্দ্র— খাগী লানকমদা মণিপুরগী লাম্নী য়েক্লবগী মাংদা লেপ্লা বারে। লানকম অসিদা বাংথৈ মৈরাবা তুখরে। লাম্নী পুম্নমক মৈশা লাংলে। খাগী লানকম অসি য়াম্মুং লেংবিয়ু। মণিপুর স্না লৈবাক অসি য়েক্লবগী মখুত্তগী প্রজাবু কনবিয়ু।

য়াইস্কুল— শানৌ ইবুংঙো নিংথৌরেল ! হাওজোসমা নয়াঙ্গুং ঐসে পীশক পীক্লিইঁদগী থংবিরিগনি. ইথৌ মশক থংদবরা—ইপা-ঙলদা হন্নবরা ? ইহৈ-ইশিংদা য়াৎপরা ? সনা ঈনিসু তাকপিবা য়াম্নুং হায়নসু কৌবিরগা করি পুকচেল কৌবগে ? পাংদবা অয়ুম্বগুম লৌবিবরা ? হৌখি হৌখিবা থৌদোক্তসু নিংশিংবিয়ু নয়াঙ্গুং পংতা তারম্মোইদা, মণিপুর স্না লৈবাক্তা পংনোপ নোপনা থোকলোইদা। ( বাঙাং অসিদা ময়াম ইঙক ঙকই অমসুং তাই )

বুলচন্দ্র— তাকপিরিবা বাফম অসি ননাওদি ভাব তাবা ঙমজদ্রে। য়াম্বুং ! মণিপুরগী ওইনা খনবীয়ু, শ্রীগোবিন্দ মুংশিবিয়ু লৈবাক প্রজা ঙাকপিয়ু নঙ্গগা লৌবিহৌরো লৈবাক প্রজাগী ভার, নিংথৌ ইঙ্গুং শিনবীহৌরো, ননাও লান্দা চংচরুগে।

য়াইস্কুল— নিংথৌগী সিংহাসন, লৈবাক প্রজাগী ভার, বায়েল বিচারগী রাজ দণ্ড, পুম্নমক ইয়াম্বদি ঝিহৌজদে। ঐনা পামজবদি ঃচম-চম্বা লাম্মী অমা ওইজবা, ইরৈবাক ইজাতিগীদমক্তা থবাই অসি থাজবা অসিতনি। (মিত্তা ঈরা হৌরগা থম্মোইঁ শোক্না) ইয়াম্বগী নিংথেম ! নহাক্না লাম্না লৌরেনে, ঐগী মুংশিতরবী ইমা মণিপুরদা লমহুইগী শাঙ্গৎ চৎপা ষড্রবা য়েক্লবা স্নেহনা লান তারকপা কোরৌ অসুক কুইরববু করিগীনো ভসিতমক লান্দা চংলু হায়রিবা! করিগী ঐবু মিরাইরি, করিগী ঐবু হান্না চংহন্দে। ঐসু সনা ঈনি, রাজবংশদা পোকপনি, ইজাতিগীদমক্তা হিংবনি শিবতদি ভনগনিদনা ইয়াম্বসু।

খঙ্গাল—ননাইশিং খন্না থারগা য়্যারগত্রা হায়না শ্রীযুৎকী স্না পুক্লিংদা খল্লুরমাল্লে।

য়াইস্কুল—ঐগী লাইবক ফবনি, ইমা লৈবাক্কী সেবা ফংবদি—নয়াম্বা লৈরিঙৈদা ইনাওনা করিগীদমক্তা য়াগনি। শ্রীগোবিন্দ সেবা তৌরম্মু, লাইনিং পরৈ চেৎলম্মু। ঐহাক মৈতৈনি মণিপুরগী মৈ, ঈশিং মুংশিৎনা ইশানি অমদি ইপাঙ্গলনি। ইমা লৈবাক্কী-দমক্তা হিংজবনি। অসিদগী হেন্না লাইবক ফবা কদায়দা অমুক লৈরমখিগনি। ভরাংদি একাদশিনি ঐহাক ব্রত পালন তৌই অদুনা প্রসাদি খর ফংলগা ঐহাক লানগী যাত্রা তৌগে।

খঙ্গাল— থাগৎনিংঙাইনি সনখ্যা ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা লেম-জনিংঙাইনি মৈতৈ মচা ওইনা পোকপিরম্বা। নংগুম্বা মচা পোকপী মমানা কৈদৌঙৈদস্থ মীথা পোনবা ছৌনদে। লাম্মী, লৌশিং, কনবদা হেনগ্রবস্থ য়েক্লবনা, মরৈবাক নিংবা. লিংজেল মান্নবা মুংশিনরবা প্রজানা পুনগ্রবদা অপুনবা শক্তিগী মমাংদা কনাগুম্বা শক্তি অমত্তনা লেপ্পা ঙম্মোই। মরৈবাকনিংবা সনখ্যা য়াইস্কুল লাকপগী লাঙংদা লৈবাক ইমা মণিপুরগী জয় শোয়দ্রবনি।

## Light

৮ শুবা উৎপা

( থোঙ্গাল ময়াগী পাক্তক তৌবা লম্পাক মচানি। অরাপ্পদা অমদি অনকপদা হাহং মচা মচা লৈবা মকমনি। শঙ্গোইসনা মমাল্লবা কাংজেলোই ময়ামগা লোইননা য়াইস্কুলগা বাংথৈগা কাংজৈ শাল্লগদবগী থোরাং তৌদুনা থোরকই। )

শঙ্গোইস্না :—মণিপুর স্না লৈবাক্তা লৈশেমচৈদগী লৈরক্লবা লাই হাক্তক্তগী শারক্লবা মশাল্লনি কাং, মুক্তা অমদি কাংজৈ হায়রিবা শাল্লা অসি। মাসবু ঐথোয়না তরাই তরাইনা লৌবা লাল্লি। অহল্ লমল্লা ঐথোয়দা তাকপী মহৌশাগী কোরৌ, মালেম অমসুং তাইবংগী গ্রহশিংগী থেংচপ্ লায়না খঙবা ওয়বা অতুগা ইমাল্লবা লাম্বা পারকপদা শরিং শরাংসু হৈনবা মীনা লাকচদনবা শেম্বীরল্লবা শাল্লবগী কাংলমদা পানশিল্লম্বা মশাল্লনি। অদুগা ঐথোয়না ওসি শাল্লগদৌরিবা কাংজৈ অসি ঐথোয় য়াইস্কুলনা বাংথৈবু থোয়দবা য়াদে। থরাই থুবাক্তা হাণ্ডুনা মরূপ-মপাংশিংনা ইমাল্লবগা লাম্বা পাবদা চোপ্তনবা শাল্লবিগদবনি।

কোকঙাং :—সনথ্য। ননাই লৌরেম্বা কোন্দুম অসি পনঙাকপদি কৈ হায়ববু মাগী থৌগল্লোন্ ব্যবহার, মরমচৎ অসি মী পুম্মনক্লা তুকচনরে। সনথ্যাগী কাংজৈ খুত্তা য়াওবা অসি কাংজৈ খুৎনা তুমিন তুমিন স্নাম্লা মুক্তম মুক্তম শোল্লরপোৎনি।

শঙ্গোই :—মহাক্ করি তৌরবগে?

কোকঙাং :—ইঙাও কৈরাবনা মুন্না থংবনি।

শঙ্গোই :—করি করম তৌরবগে কৈরাবা ?

কোকতা: :—সনখ্যা ; হৈগল্লোন্ ব্যবহারদি কান্নরগন্না ননাই কোন্দুম অসি হায়নবী পুম্নমক শোক্লে। লম্বী লমখাং তান্নক্তা, লবাই কোন্দ্রেন শংৎনা অন্না পোৎলুম পুরীবী, মনমদা মচা পীশক পোরিবী, লৈত-লাইর মৈথুনা অথাপ্পা লমদমদগী লল্লোন পোৎ থিরগা ইমুং মনুংগী চন্না নোংখন তানবদা মচা-মন্নাগী মতেং পাংলিবী সুপীশিংবু তুকচবা রাহৈনা করেন্নৈ। করিগুম্বা মতমদা মপোং মচৈ কাওবা মুনবী। নত্রগা, কৈথেন্দগী হুমলকপদা লাইরবীশিংতুদগী ফুতুনা চৈনুনা, মথক কুপ্তবা কৈথেল মচি গমদা, নোংজ-নুংশা কন্না থাংতুনা নোংমগী তাঞ্জরকপা পৈশা তত্থু মুনবী। মতু শোননা উবা য়াদে অচুম অরান তুংওইনরগা হেক্তা তুহৎপী। মমান্নবা মথক্কী অহল অমত্তদা থকশি-খাশি নাঁইদে। মী পুম্নমক্কা তুকচনরে, মী পুম্নমক মাগা য়েক্করে, খুল লান্না চৎচবা ঙমত্রে, লৈকায় লান্না কোয়থোকচবা ঙমত্রে। অমম অথেংবদা ময়ুমদগী মপান থোক্পা কাওবা চিংনবদগী থোকচবা ঙমজত্রে। অতুনা সনখ্যা ঐখোয়গী য়াইস্কুল নখাগোন কাংজৈথুৎনা মাবু য়াওহনবা পামনত্রে।

শঙ্গোই :—লমচৎ ব্যবহার নিংখিনা খঙলবা, মণিপুরগী নহারোলদা কালি তৈহনবনি। চাখল লৈত্রবা নহারোল থরা লৈরি, মসি ঐখোয় য়াইস্কলতদা নত্তে, থাই রাংখৈ পানা খুদিংমক্তা মখোয়বু ঐনা লেয়া থারোই। মখোয়বু চুনথোকপা ঐখোয়গী ইথৌনি।

মুপী নহাদা থওইট্রশিত্তবা শাজং চৎপা, হেজো হেচে' লাওবা নিপাশিংদি মমা মশক থংদবা মচানি। মুপী ওইবীগী মপোক্তি মমা ওইবিগী মপোক্নি। ইকায়বনা মখোয়গী লৈতেংনি। লমজাওদা চাবা মগগী শাজং মারক্তা চংলক্লবদি ঐখোয়না মখোয়বু লেম্না থক্ থাফম থোক্তে। মতুগীদমক্তা অরাফমদা তারবস্থ ঐনা তাগনি। চৈরাক মতিক চানা পীতুনা চুমথোকদবনি ।

কোকভাং :—মখোয়গী মমা মপাস্থ অতুমজাই মচাগী পাও অসি তমতুনা মচা বারক্লবা হায়রুবদা মচাগী হাক্ন চঙখিতুনা লৈকাই কনা অমত্তগা চঙনদে। মখোয়না মহেক্লে হায়তুনা লৈরিবা ইমুংনি।

শঙ্গোই :—মচা পোক্লগা লমচং ব্যবহার তম্বীত্রবা থোগল্লোন তাকপি-তিকপীত্রবা অমদি মতু খওন্নবা মীরক তিলহত্রবা লোইশঙ কাহত্রবা মমা মপাতুদি মখোয়দগী হেন্না তোনবা জীব লৈত্র-বনি। শা-উচেক্ম্না পংলৈ লৈবনি। ময়াম্মা য়াত্রবা মহাক্তি ফাঙজৈ খুত্তা য়াওহনবা চুমদে অতুগা মহাক্ম্বা তিন্নবস্থ ইকায়-নবগী মশক্লি।

( মতম অসিদা ঙসাই মথে অরাপ্না চংপং অমদা লুমতুনা তারম্বা .কান্ম্না থারকপা হুঙতুম্না পান্দুনা কোকভাংগী মকোক্ কায়রে থরনা তায়ব্রে। থরনা বোকভাংগী সেবা তৌরি।)

ময়াম :— আদ: চেল্লে আদ চেল্লে কোন্দুমান কোন্দুমান যাং-ফাও ( তারখি )

শঙ্গোই :—( কোক্ঙাংদা ) কয়াম থিনা শে ক্লে ইতাও।

কোকঙাং :— করিস্নু থোইনা শোকপা নত্তেদা সনখ্যা ঈ খর থোকপতনি, কদোমদা চৎথ্রে ময়াম্না তামথিজ্রিবরা ?

শঙ্গোই :—ঐ লৈরি ইতাও, মরুপ মপাং খ্বাই লৈরি। হেৱা। মাগুম্বনা ঐখোয়বু থৌওই উশিত্তবা য়াবরা ? শা ভাগুম্বা ময়া অচু কাবাক খনগে, মাবু ময়াংলেন্দা খোংপাক্লা নেৎলগা থেকপা ভমজ্রবদি ঐ মনিপুরদা লৈথ্ররোই।

( মতম অসিদা ময়াম্না কোন্দুম ফাহুনা পুরকই )

শঙ্গোই :—ময়াম মরুপ-মপাং পুম্নমক কোন্দুম থাদোকপিরকউ। ( কোন্দুম থোরকই। কোন্দুমগী খুঙেং তাপ পাইহুনা ) কোন্দুম লিন্দা য়াম্না ফরে হায়না তারে। ভসিদি চাংয়েংনৱা তারে। ( কোন্দুম অসি হান্না তাম্নহুনা ফানবা হোৎনবদা মমান্নবা ময়াম্না খরগা লৈথেক্লকপনে অদুগা মহাক্না হান্না বিহুনা লৈবা শঙ্গোইসনান, পায়বদা পুমপং পংথখরে। পেরি পোর তোরক্লে )

কোকঙাং :—সনখ্যা ! থাদোকপিয়ু। ঐগা অমুক্তা চাং য়েংনজগে অমুক্তা থাদোকপিয়ু।

শঙ্গোইসনা— ভাইখো ইতাও ! অমুক্তা পোথাখো ঐহাক মসে খর হারক্লে। ( অসি হায়রগা খুবাক্না মমায়দা থাবদা মমায় লুকথে। লুকথরিঙৈদা থোংনা লৌরগা মঙক লাকুনা ইনবদা কোন্দুম উপ্পা হুরে। ময়াদা ঈ থোক্লে। মনাতোন্দা নাহি তারে। ময়াংলেন্দা খুউনা নম্নগা পাম্বোম অনিনা মথোং মখুৎ মকোক কোম্বিল্লগা )

— হায়য়ু কোন্দুম! করিম্নীনো, নংনা ইতাও কোক-ভাংগী মকোক থুগাইরগা লোম্না চেল্লিবা? অসিদা নত্তনা নংনা মীঙোন্দা থাংনা থিল্লি, মুপী অভাংগী মিংদা থিহল্লি, মপোৎ মরল মুল্লি হায়। হায়য়ু নহাক মহু ভৌথিগত্রা?

কোন্দুম— ঐহাক ভৌজররোই ঐগ্যা! ঐ লাজরে ঐগী থরাইভদি কনবিয়ু।

শঙ্গোই— অহুদি হায়য়ু—করিগীদমক্তা নংনা ইতাও কোকভাংগী মকোক থুগায়রিবনো?

কোন্দুম— সনথ্যা ঐগী যংবা বা পুম্নমক সনথ্যাদা হুঙ্গৎপা অহু শাওমনখিহুবা লুতোন কাখিবদগী অফ-ফত্ত থন্দনা থোকপ্রবা থোদোক্লি। ঐ লাজরে ঐগ্যা।

শঙ্গোই— নংগী থহুদবনা মরূপ অমগী মকোক থুগাইরে। মসিদা ঐগীস্থ পম্মোয় কায়রে। হৌজিক শাম্নগদৌব্নিবা কাংজৈ অসিগী কাংজৈলোই ময়াম মরক্তগী থাইদগী হেনবা অমগী মকোক থুগায়রে। মসিনা করিগুম্বা পাঙল পোবা ভারবদি কনানা চোপকনি। চাবা মৎমদা থুম নমই নমদে থংবগুম্না ঐনা ভৌরিবা থবক অসি কৈ ফত্তে থম্বা ঙমজ্রা নত্রগা ভৌগে হায়না ভৌহুনা লৈবাক্তী বায়েল থোওইদবরা মণিপুর সমাজ অ।ি.বু উশিত্তবরা?

কোন্দুম— (বগ্লুনা) সনথ্যা ননাই ঐহাক ঐহাক লাল্লে। ঐগী ইরাল ভাকপিয়ু, ঐগী থরাইভদি কনবিয়ু।

শঙ্গোই—পাংদবা— অহুম্না কপশিন্নরগা কোকপিবা য়াবা নরাল নত্তে। ঙাকপিগদবস্থু ঐ নত্তে. চৎলু হায়জৌ। ইতাও কোকঙাংদা —অহুগা বাশকউ — শ্রীগোবিন্দনা শাক্তি—"ঐহাক ফত্তবা থবক অমুক তৌজয়রোই, করিগুম্বা তৌরবদি মপোক মপোক নরক তাগ্রগে হায়না।

কোনহুম—( কোকঙাংদা খুরম্মী. কপ্পুনা ) মরূপ কোকঙাং নংগী নফমদা ঐ লাল্লে। ঐগী ইরালসে অমুক্তা ঙাকপিয়ু নত্রবদি ঐ শিবা তারে। শ্রীগোবীন্দ শাক্তি ওইনি, ঐহাক ফত্তা থবক অমুক তৌজগ্ররোই তৌরবদি মপোক খুদিং নোয়োক তাগ্রগে।

কোকঙাং— ঐঙোন্দা অমুক নংগী মপা খোকউদনা তৌবনি। ঐ শাওত্রে সনখ্যাদা অমদি মরূপ-মপাং ময়ামদা লাল্লে হায়জৌ, ঐগীদি শাওত্রে।

কোন্দুম— ইতাও কৈরাবা—নখোং পায়হুনা হায়জরি মরূপ-মপাং পুন্নমকস্থু খুরুমজরি—নখোয় ময়াম্না ঐগী ইরাল অসি ঙাক-পিয়ো নত্রবদি ঐ সনখ্যাগী খুত্তা শিবা তারে। ঐগী থবাইসে ময়াম্না অমুক্তা কনবিয়ু।

শঙ্গোই— মরূপ-মপাং পুন্নমক কোন্দুম অসি মহাকী মবাল ম্পুম্বা লাল্লে—হায়না য়াজরে। ঙাকপিয়ু হায়নস্থু হংগা হন্না হায়জরে। শ্রীগোবিন্দ পন্দুনস্থু বাশল্লে। মহাকসে লৌখৎপিরসি হায়বনু ময়াম্না করি করি হায়বিগদবা।

ময়াম— ঐখোয় য়াজরে— ঐখোয় য়াজরে।

শঙ্গোই— তাও কোন্দুম! অহুগা তম্মু নহাক্না ফত্তবগী থবক চৎ-রিবা ফত্রবা বাখল নৈত্রবা ষণ্ডগী হেন্না পংবশিং অহুদা মহুদি

থবক শুনিংদনুনা তোনানবদগী লমহেনবা শাগনু। পৈশা থাক্তনা মীনা চাবা অহাওবা চানিংগনু। মীনা মফী অকবা শেৎপা উরগা কল্লকনু। মীহৌদুনা কল্লক্তুনা অপাম্বনা ঙাও-দুনা হুরানবা ওইগনু। ব হল লৌশিং লৈরিবা মী মখোয়সে নমান্নবগী থুৎলাই ওইনা শিজিন্নগনু। নখোয়না শিংথংনা য়ানবগী, থাংনা থিনবগী, মুংহুম্না শুবগী, মী অমা হাৎলুবগী নশা নশাদু থুদোং পিবদা থমলি। মদু নখোয়গী অতত্তায় নত্তে। অতত্তায়দি হৌজিক য়েক্লবনা ইমা লৈবাক মণিপুর কোয়থ্রে। মাইকৈ অহুম থোক্লা লাঙংলক্লে। য়েক্লববু ঙাকপা অসি ঐখোয়গী তৌদবা য়াত্রবা ইথৌনি। য়েক্লবগী খোংউপ মথাদা নমায় থাঙ্গৎতুনা বা অমত্তা ঙাংলুবা ঙম্মোই করিগুম্বা মীনাই ওইথ্রবদি—। সিগুম্বা মণিপুরগী থুদোংথিরবা মতম অসিদা নহারোল ঐখোয়গী ইথৌ করিনো? ঐখোয় মশেল করিসু লৈতবা বক্লীদমক্তা অমগা অমগা থৎনবদি অপঙবগী মওংনি। লাও—মণিপুর স্না লৈবাক্কী নহারোল পুম্নমক চোং-পোরকউ—য়েক্লবগা লাম্বা পাসি, পুন্নসি ঐখোয় মুংশিনবগী থৌরিনা, পাংথোকসি থবক অপুনবা ওইনা—ঐখোয় ময়াম্না পুন্নবদা ইমা লৈবাকপু মুংশিরবদা করম্বা শক্তিনা ঐখোয়গী মাংদা লেপকনি। হৌজিক্তি কোন্দম হায়রু—হৌজিকী মণি-পুরগী ফিভম অসিদা নংগী নথৌ করিনো?

কোন্দম—লানকম ময়াইদা চোংথোকপা, য়েক্লবা তুম্না হাৎপা।

শঙ্গোই— নংগী বা অসি য়োংগী তাৎলা? হিংচাবীগী শারিরা?

কোন্দ্রম—ঐনা সনথ্যাগী হুকচাং শোক্তুনা অমদি মরুপ-মপাং মরাম পুম্নমক্কী মাংদা বাশকচরিবা অসিনি। মতুদি অপং থৌনা ওইনা থরাই হুকচাংবু খুদোংথিবদা মীৎকুপ খুদিংগী লংথরুরবা ঐ অসি সনথ্যানা মিৎ পাংহনবিরে। মপোক অমা পোকহনবিরে। অতুনা ঐগী থরায় হুকচাং অনিমক সনথ্যাগী চরন্দা ওসিদগী কৎচরবনি।

শঙ্গোই— য়ায়া সুংঙাইরে মরুপ অমুক্তং কো. সি (কোয়বা) চৎসি বাংকৈ মতম ওইরক্লে।

## Light

### ৫ শুবা উৎপা
### হজারীগী ইমুং (য়ুম)

(মাইব্যা, কৈরুংবা, হাজারী বারি শাত্নুনা লৈরি)

মাইব্যা— মপু থনবা হায়বসিমক্তবু থন্দুনা থল্লবদি অথেংবিদা থল্লু হায়বা। মীনা মী থনবা অসি মখল য়াম্মী—হায়বা। য়েংথ-রকপা মীৎয়েংদসু মপু শাবগী মীৎয়েং তরায়-তরায়বা নত্তে হায়বা। হন্দক্তি থংবা তারি হাজারীনা সনথ্যা য়াইক্কুল লাকপা থল্লিবা অসি চায়না থরাই কণ্ডুনা থনবরা, ওইজ ওইথক কংনবরা চিরোনলা-চানবরা হায়বা।

কৈরুংবা— ঐখোয় অমা, মাইব্যা নঙনা হায়রিবতনি। তঙাই ফত্র-বনিদো, চেয়ে কাগদৌরি, লম হেন্নে—কৈগুমশঙ্গা মত্রবদি অঙাং শুন্নে।

হাজারী —হজারী ঐদি নখোয় খ্বাইনা নহাল মখৈ উরিবা অসিনি। নিংথৌগী থৌ ফাওবা পুত্রিবনি। সনখ্যা ইবুংঙোসিগী কৃপানা, মনাইনা বাগনি হায়বসি উবিগ্রবা।

মাইব্য— অহনবু হায়জরিবা, তাদহজারি অসুক কুইবা অসি মচাক মরল চামিন্নহনা, কোইরে কোইমিন্না, নোক্লে নোক্লিংদ্রবসু নোক্সিন্না, কপলে কপনিংদ্রবসু কপশিন্না, ভাংথোক্লকপা বাহৈ খুদিংবা খম্নবা য়াওদনা অহোই হেঃ হেঃ দা লাকপনিনা হন্দক স্না য়াথং লাল চৎলু চৎসি হায়বা লুম্বু লুম্বু শাবা বাহৈ অহু হেক তাবদা হকচাং মুংভাইবিরক্লবা য়ারোই মহৌশাগী খোং-লোইনিনা হন্দক থৌগল চঙবা ফরোইয়ে। হঙ্গৎকনিন্নে, ননাই হজারিদি ইন্তং তঙনা তৌশিন্নৈ হায়না।

হাজারী—সনখ্যা য়াস্কুল লাকপা থা-থা য়াবা নত্তে, লাইগুম্বা নিপাবি শিংগ্রবা মনাইগী পুক্লিং খংগ্রবা পোৎনি। মীনা কীনন্নিবনি, নিনখোকপা য়াবা বাফএদি নত্তে নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াই হায়নবি পোৎনি।

কৈরুংবা—চানবিবা চানবিরক্লবা অসিনিসে লুরিববু। কুইনা শাংনা নিন্নরকপনিনা কোক চানবীরক্লবদি।

হাজারি —শোইগা য়েংউ শ্রীগোবিন্দ শাক্ষি।

মাইব্য—অং তাদ হজারী, হন্দকসি ঐদি শোয়দনা কৌরকনি হায়না খাৈদ্রে।

হাজারী— নখোয়দগী চহিসি ঐনা অহননি। অহনা নহা নখোয় খ্বাই লৈরি নখোয় খ্বাইনা হান্না চৎগ্রগা ঐনা কোল্লপ লাকপা হায়বহানি।

কৈরুংবা — হন্দক্তি অহন্না হান্না নহানা কোন্না।

হাজারী—নত্তে নত্তে, নহানা হান্না অহন্না কোন্না।

কৈরুংবা—নত্তে নত্তে অহন্না হান্না নহানা কোন্না।

হাজারি— মসিগী থবকসি ইবুংঙোগী থবকনি নৎতে নথৌ করি লৈবগে? ঐনা হান্নরিবসিনি নহানা হান্না অহন্না কোন্না।

কৈরুংবা —তাদনা হায়রগা হেক য়াবা নত্তে। হৌনবী মতুং ইন্না অহন্না হান্না নহানা কোন্না নপাংদি পাংত্তগা কিগন্নগা নথৌ লৈতেককা হায়তুনা উশিং থোংইদবদি য়ারোই।

হাজারী— হায়রে— হায়রিবসিনি নশিল করিদি লৈবগেদো, হিস, ইয়ুম ওইবগী তৌবনি নত্রবদি।

কৈরুংবা—নয়ুমনি হায়রগা তাদনা পান্বা কদায়দনো চৎসিনে।

মাইব্যা—তাদ হাজারিনু কৈরুংবনু ঙায়খো তপথখো। লৈপাকী থবক নিংথৌগী থবকপু ঐখোয়না চৎকনি চৎলোই তৌহুনা সিদা খৎনরগা করি কাংবিবা, হেক্তা ৎস্নগদ্রা? তাদাগা কৈরুংবগা চাং য়েংনবা অহু লানকমদা আদা য়েরুবগা য়েংনবিরু।

হাজারী —মতা চাদবা হায়নিমা ইবুংঙো মাইব্যা। ঐহাক ভসি পত্রানি, ইচা ইত কনামত্তা লৈতে, য়ুম অসিদা মুপা মুপী শক্তুনা পাল্লিবনি। মসিদা নিংথৌগী য়াথংনি হায়তুনসু য়ুম মুংনা লান্দা থারবদি ৎপ্পী হায়বগী মতিক তৌরবা হায়বতুনি হায়বা ইবুংঙো।

কৈরুংবা—কনা লৈজত্রবা তাদ চৎতনা কনা লৈবা চৎলবদি য়ান্না য়ানহৌগনি। অহুনা তাদ শোয়দনা চৎকদবনি।

হাজারী —হায়দৌ মফমদা হায়রুংচা ঐদি শুকচৎ চৎলোই।

কৈরুংবা—পাংদ্রগা কীগল্লগা মুপী মাল্লিদি হায়নিংজহুনা হাঃ অদু তৌই অদা তৌই হায়না থেদোকপা হোৎনরিয়ে য়েংউ. থংনিদনা তাদ সনায়াথং লাল চংলু হেক হায়রক্কবা ইনা অশ্লি হেক কেনগে।

হাজারী —হন্দক নিংথোগী সনায়াথং থংদে, জেশা থংদে লাল হেক চংলবা ঐগু ইনা হেক কেনগে।

মাইব্যা—তাদা হজারী. কৈরুংবা পুরাম্না হায়বা চুমশ্রেদা "শা মমাংদা অতৌবা মকোক কেনগনি কেনশ্রেদো। তাদ হাজারিগী নাস্থ ( মাইব্যাগী বা তান, তান হাজারিনা শীজ লাকপা য়ায়কৈরোমদা য়েংলমলগা মমায় মনিং তৈথোকই। শীজ চংলকই।)

শীজ — হায়মা! তাদ মাইব্যা— তা কৈরুংবা লৈরম্মী। ইতেদি কোম্নুং চৎলোইত্রা? চাক থোংদোক্লম্মগে হায়হুনা লাক্লবনি।

হাজারী—থোংদোকউরো থোংদোকউরো ইতৈনা সোইবুমগা ভাক্রাগা লৈরকপনি। অদুমা থোংলগা মোরোক অমা হাওনা মেৎলো।

মাইব্যা শীজ চাক ইনশাং কজনা হাওনা থোংউ, তাদ হাজারী লাল চংলবা য়ানা লৈ।

শীজ— অওইবরনে তাদা।

হাজারী —মুংঙাইতেদা ইবুংঙো মাইব্যা নংস্থ কৈরুংবদা বা পাংলি। নখে য়না ওসি তৌরিবসিবু ঐবু উশিত্তহুনা তৌরিত্রা? সেমা শ্রীগোবিন্দনা শাক্তি, চাং য়েংনবা তারে। হেক্তা হাংতোক্লসি অমমম থোরকে হায়রবস্থ থোরকউ। অনিমক পান্নসি হায়রবস্থ পান্নসি হেবা। ( কি শেষা )

শীজ —ইতৈ ইতৈ— হায়মা ঐখোয় ইতৈসে মুমদা মী লাক্লগনু অতুম হৌনবরাও ৺

হাজারী—ঐনা তানিংদবা বাসি ইতৎ তৎতনা হেক্তা মহায়বা মসিদা পৃ পৃ হেক্তা পাখৎলক্লুনা থাংবা ঙমদবা, হায়নি হায়রোই হেক্তা খঙলক্কবা, লেংঙো-লেংঙো লেংবিরো ইবুংঙো সিদগী মখা তারক্লবদি য়ায়া কঙনদবা তারে।

শীজ—ঐখোয় ইতৈসে মতামনি ঙাওবু ঙাংবরা কন্নিনো ?

হাজারী—শীজ—শীজ নংনস্থ ঐবু ঙাওরবরা হায়বা নংদি ঐগীদমক্তা লেপকত্রা হায়রগা নং কাওবা মীগী মীচং চংগ্রবা আ: মংলেম্বী, মংলেম্বী স্বর্গদগী লৈচিন পোমাই হাংদোক্লুনা অমুক্তা য়েংথ-রকউ অতুগা তাও নংগী ননাও হেক পোকমিয়বা শীজনা ঐবু অঙাংবা হায়না ময়াম মমাংদা হায়রিবসে। তাবরা লাকচত্রেদা কনা লৈতবা—।

শীজ—ইতৈ নংবু কনানা লাকচরবগে ঐ লৈরিবসিদি, অঙাংবদৌনা।

হাজারী— য়া: অমুকস্থ হায়খ্রে ঐহাক শীজ অসি, মসি, সুপী ফুবা য়াদেকো, কায়দে মংলেম্বী মংলেম্বী, নং ঐবু লৌরো।

শীজ —ইতৈ ইতৈ কৈদৌরবগে, ঐদি হঙ্গ্রে।

ম্যাইব্যা—তাদ হাজারী ঐখোয় চৎলগে। ইতমা মংলেম্বীদা থবায় পিখোকপদো লায়রে। ইমা লৈবাক মণিপুরগীদমক্তা কথোক-সি। অপং থৌনা ওইনা ঐখোয় মশেল য়ৈনগে তৌবা অদো য়েক্লবগা লানফমদা য়ৈনক্সি। লৈবাক অসিগী মৈ, ঈশিং-মুংশিংনা ঐখোয় চাওরকপনি। লৈবাক অসিগীদমক্তা

থবাই থাসি অহুনা লাল শোয়দনা চৎসিকো। ঐখোয় চৎ-
লগে। ( মাইথ্যা কৈরুংবা চৎখি। )

হাজারী —হায়নিংবা মফমদা হায়জরু লাওনিংবা মফমদা লাওজরু
কুশি—কুশি—ইকুশি। শুরুচংসু চৎলোই।

শীজ — ইতৈ নহাকপু লাল চৎকদোরিব্রা ?

হাজারী—শীজ নহাক্না ঐভোন্দা লাল চৎপগী বা তত্তুনা হায়রিবসিবু
ঐবু লাল চৎহন্নিংব্রা ? ঐবু নংনা থাদোক্লগেরা কনা লৈত্রবা
ঐ অসে ! শ্রীগোবিন্দনা শাক্ষি ঐ নংবু থাদোক্তুনা চৎপা
ঙমোই, অহুনা ঐ লাল চৎপা ঙম্মোই।

শীজ— নহাকপু থাদোকে খল্লবদি নংান্না ঃম পাঞ্জখ্রনিনা।

হাজারী— পানবা য়াদে শীজ ! নঙোন্দ ঐগী থবাই লৈত্রবনি।

শীজ— অহুদি নহাক লাল চৎলোই।

হাজারী ঐহাক লাল চৎলোই নিংথৌরেলগী য়াথং ঙইরবসু তোপ্পা
তমগনি হায়রবসু ঐহাক নংবু থাদোক্তুনা কদায়দসু চৎলোই।
নহাক্না ঐভোন্দা লাল চৎপগী বা হংববু নহাক নপুক্লিং ঙল্লবরা
ঐ থাদোকে খল্লবরা

শীজ—কনা লৈজত্রবী ঐনি, ইতৈ নত্তুনা। ঐগী কনা লৈ ! ইতৈ ঐবু
থাদোকপিন্নু। (মতম অসিদা কোন্নুংগী সিফাই অমা লাকই)

সিফাই— তাদা হাজারি শ্রীযুৎকী স্না য়াথংনি। সনখ্যা য়াইস্কুল
ভাকপা লান্দা লেংগনি, সনখ্যাগী খোগল চৎনবা তৌজিকমক
লালগী ফিজোল শেত্তুনা কোন্নুংদা কারক্তবা য়াদে। ঐ চৎলে
( চৎখিবা )।

হাজারী— শীজ ! শীজ ! ( পেহ্নুা ) কত্রবা কৈরুংবগা মাইথ্যাগনা হায়ঙিল্লরিনি।

শীজ— ইতৈ—ইতৈ ( কপ্পুনা ) ঐবু থাদোক্লুনা চৎলগদবা।

হাজারী — উপায়—উপায় — হায়য়ু শীজ ঐগী করি উপায়নো, হা গোবিন্দ ইবুংঙো ননাইবু চানবিররোইদ্রা ?

শীজ—ইতৈ নংনা লৈত্রবদা মীরৈবাক মচানা লৈবাক অসিদা লাক্লবদা ঐবু কনাগা লৈহৌগনি।

হাজারী— চৎলোই, চৎলোই, ঐ লাল চৎলোই। লৈত্রে, উপায় অতৈ লৈত্রে। শীজ শিংজং, শিংজং পুরকউ।

শীজ— করিগীনো ইতৈ—চাক থোং শীঙ লৈত্রবরা থায়রুরস্থ ঐ থায়গে।

হাজারী—নত্তে, ঐগী উপায়নি। ঐগী শিরমদাইগী হিদাক্নি। লাল চৎতনবগী থৌরাংনি। পিউ ঐগী শীঙজং (শীজনা শীঙজং পি) শীজ নত্তংলাংগীদমক্তা মংবু থাদোক্লুনা চৎতনবা, শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো চৈনাথোন পিবিগনুকো—জয় গোবিন্দ। ( অসি হায়দুনা মথোংদা শীঙজংনা থায়দোক্লে। "অয়ো" হায়দুনা বায়থ্রে। )

শীজ— ইতৈ—ইতৈ— করি মত্তৌ কৌথগে ইতৈ।

Light

## ৬ শুবা উৎপা

## য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গাই

( য়াইস্কুল লাকপা লুক হাবা লোইহুনা লালগীদমক্তা ব্রাহ্মণশিংনা পুজা তৌরে। শিন্দুর নম্লে। লালগী ফিজোম্না লৈতেংলে। মপান্দা অমদি শঙ্গাই শুমাঙদা থৌগল লাম্মীশিং লেপ্পুনা ভাইরি। বজাই বেঙ্গুল য়াওরি )

য়াইস্কুল— তারিত্রা মমাশীজ।

মমাশীজ— ঐগ্যা।

য়াইস্কুল— ইচা শঙ্গোই কৌরকউ।

মমাশীজ— য়াইস্কুলগা বাংথৈগা কাঙজৈ শিংবৈ হায়হুনা শঙ্গোইসনা চৎথি।

য়াইস্কুল— য়াম্না চেকশিন্না লুনা চান্না ঐগী শঙ্গোই নচা অসি কোল্লুকো। ময়াম্বা অমা লৈত্রবা মনাও অমা তাত্রবা মতোমতা' পোকপা তোম্পোকনি। মপুক্লিং হুম্বহনবা য়াদেকো। মচা শেম্বগী মরুদি মমা নখোয়না মরুনি। নিপা ওইবা হায়বসি খোংথাং, বাঙাং খুদিং লান মগী লানফম ভাক্তনি। ইশাদি ইশানা কনগদবনি অহুনা ইচাগীসু মশানা মশাবু কনবা ভম্নবা শেমগদবনি। অহুগা নহাকী নিংবা থুংনা শেম্বা থোক-কদবা ইচানি। ঐদি নিশানি শাফম লালফমদা চৎপনি। থংদে করি থোকনি শ্রীগোবিন্দজীদনা থংই। ঐহাক গোবিন্দ খুরম্নগা স্নাকোম্বুংদগী লালগী যাত্রা তৌরগনি।

ময়াশীজ— ঐগ্যা—( থুরম্লগা চংগ্রে ) য়াইস্কুল লাকপা শ্বর পুংকম য়েংলগা সনাকোম্নুং পাংগ্রে। শীজ থোরক্নুনা মাঙ্গোলদা লৈবি। শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তিদা লৈশু ধূপ থাংমৈ কত্নুনা পূজা তৌরি।

ইশৈ :— শ্রীগোবিন্দ, জগৎকি মপু
খোংবিরো নংগী পঞ্চ জৈন্য।
যাকা বিরো জগৎ ... ব
মাংহনাবরো য়েক্লবা পু রা।
নশেক নভাল অভানবনা,
অমম্বা পুম্বা মাংহনবিবা।
ভারত লালফমদা পার্থগী শাগৌবা,
যুগ যুগকি হে : লমজিংবা।
তাইবং মালংনা নংগী শক্তম্নি,
শিব চংব লৈতবা নংনি,
নংগা তাইবংনি নংগী লিপানি,
নিংথিব মঙ্গোল জগৎকি মঙ্গোল।

শঙ্গোই—ইমা, ইমা, ইমানা চেল্লকপা পাউ অদু হেক ফংবগা কাংজৈ শাম্লবা লোইদনা চেল্লকলিবনি। করিগীনো ইমা, পাবুংনা কদোমদা লেংথোকপ্রে !

ময়াশীজ— শঙ্গোই নংদ ... নহাক্না চৎপ্রবা তুংগী বানি, নপাবুং লান্দা লেংগদৌর। শ্রীগোবিন্দ থুরম্বা সনা কোম্নুংদা লেংগ্রি। ঐথোয়গী থোঙ্গাল মপাদা লফু পাম্বী য়ুংহুনা মঙ্গোল ঘট লাৎননবা থৌরাং তৌসি পাবুং লেংলক্লগনি।

শঙ্গোই— ইমা পাবুংনা লেংলমদাইদা ঐবু হংলমদ্রা ?

মমাশীজ— হংলম্মী, পাবুংনা নহাকপু ঐভোন্দা শিং রম্মী।

শঙ্গোই— তরা লুকোই হাবদা য়েংকা ওইগা ফমদুনা চাজবা, ঐহাক ঙসি ফংহৌদ্রে ইমা—।

মমাশীজ – চাগদবনি করিগী চাদনি। লালঙম ফিরাংগ পায়দুনা লালফমদগী হংল্লগ পাবুংগা য়েংকা ওইগা ফমমিন্নদুনা অহাওবতা থন্দুনা অথুম্বতা হন্দুনা চাগদবনি ইচাসিদি।

শঙ্গোই— পাবুংনা সনা খোলেংলমদায়দা লমহেনবা মচানি হায়দুনা খোইশাওনগ্রব্রা ইমা? লালগী যাত্রাগী মতমদা পাবুংগী চেংলো উহৌদে। শঙ্গোই হায়না কৌরকপদো ঐহাক খুম্বা ঙমহৌদে।

মমাশীজ— ইমাগী শঙ্গোই! ইমা লৈরি, করিগীনো পাবুংনা লান্দ লেংগনি হায়রগা ক্ষেত্রি মচা নহাক্না করিগীনো খোইশাওননা উববো ?

শঙ্গোই— ইমা! পাবুংগী মাইথোং উহৌদবা থবায় মান্না মুংঙাইত্রে। ঐহাকস্থ মন্না কোন্নুংদা চৎলুগে। শ্রীগোবিন্দ থুরুম্মুগে পাবুংগী মঙ্গোল ওইনবা।

মমাশীজ—চৎলো চৎলো থুনা য়াংনা চত্তুনা শ্রীগোবিন্দ থুরুম্মুরো হল্লকপদা পাবুংগী থৌগল তৌরকউ। ইমা থোঙ্গালদা মঙ্গোল ঘট লাৎনবা থৌরাং তৌরমগে।

( শঙ্গোইম্না চৎখি মমানা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই )

**Light**

## ৭ শুবা উৎপা

## কুলচন্দ্র মহারাজগী শঙ্গাই মাঙ্গোল

( কুলচন্দ্রা লৈ। য়াইস্কুল লাকপা চংলকপা উই )

কুলচন্দ্র— লেংশিনবিরকউ য়াম্বুং।

য়াইস্কুল— শানৌ নিংথেম। লাইনিং পরৈ চেৎলম্মু, লৈবাক ইরাং হৌদনবা কম্না হোৎনরম্মু।

কুলচন্দ্র - য়াম্বুং পান্না অসি হাবিয়ু।

(পাননা পি, য়াইস্কুল লাকপা লৌই, মতম'সিদা শঙ্গোইসনাম্মু থুংলরে।)

য়াইস্কুল— শঙ্গোই, লাও লাও।

কুলচন্দ্র—শঙ্গোই ইচাম্মু লাক্লে, লাও-লাও কম্মোলাও। (শঙ্গোইসনা থুরম্মী )

শঙ্গোই— পাবুং ননাই ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা হঙ্গৎচগে ?

য়াইস্কুল— করিনো হ'য়য়ুনা ইচাসিদি।

শঙ্গোই— পাবুং ঐ লান্দা চৎচগে. পাবুংগী থৌগল ক'ঙগে।

য়াইস্কুল— হা! হা! হা! লাল চৎকে হায়বা। শোয়দনা চৎকনি, লাল থেংনগদবনি। তুংগী ইমা লৈবাকী লাইবক্তি নথোয়গী নপাঙ্গল নথৌনা অমম্ভং নম্রৌশিংদা লৈরদৌরিবনি। জাতি অসিগী মান-ইজ্জত পুম্নমক ঙাক্লকদবনি। অদুবু শঙ্গোইসনা হন্দকী লাল অসিদি নহাক খজিত্তং নৌমল্লি, য়ুমদা নিংথিনা লৈরম্ম, শ্রীগোবিন্দ লাইনিং চেৎলম্ম। নপা নত্তোন মম্নাম্না

হায়বা ইন্না, তরামচা তিংবদা অকায়বা চৎকনু। নমাগী য়াথং কোক্তা থোংনা ইনগদবনি।

শঙ্গোই - ননাই ঐহাক লালগী থৌগল ফংজগে থম্বীরমগন্নু পাবুং।

য়াইস্কুল - হন্না হন্না হায়রগনুবা শঙ্গোই ইপানা হায়বা ইন্নুবা, নহাক অঙাং থর ঙইমল্লে। ইচানা চাওরগা লানফম, লানফম খুদিংদা লানঙম ফিরাল থেক্তুনা মণিপুরগী মীংচং শন্দোকপদো নপা নত্তোন, ময়াম্মা হয়াওগনি, পেন্নগনি, হৌজিক্তি খজিত্তুং নৌমল্লি।

শঙ্গোই — নচা পাঙ্গল চাওরে—পাবুংগী কৃপাদগী থাং অমত্তং পায়-বরদা, ভা অমত্তং ফংলবদা ইমান্নবনা পংলাক লাকচরোই। মহাভারতকী বভ্রুবাহণ, রমায়নগী লব-কুশ অঙাং ঙাক্তনি অহুবু মায়থিখি পাণ্ডবকি অহুমগুবা অর্জ্জুন, মণিপুর সনা লৈবাক অসিদা পোকপনি, বভ্রুবাহনগী থারনি। ইমা লৈবাক ঙাক-পদা ঐগী শরুক থুংবিয়ু। সনা য়াথং পিবিরো নচা থৌগল ফংজগে।

য়াইস্কুল—শঙ্গোই ইপাগী অমত্তা ঙাইজরবা, ওহোকপনিদকো নহাক অসে। থাং-তা শজিন্না নোংথাং কুপ্পনি, নোংমৈ শুলিনা বরিষাগী নোংনি, মরক অহুদা ইপানা নঙবু থাদোকপা ঙম্মোই।

শঙ্গোই— মকম অহুমক্লি ঐগী পরিক্ষা তৌগদবা মকম, অমুক হন্না ফংদবা য়াই মকম অহু নচাগী খুৎলাইগী পরিক্ষা লৌনবা মকমনি। হন্নকী অসি নাহোকহনবিয়ু পাবুং থৌগল ফংহনবিয়ু।

য়াইস্কুল— নহাক্না লান্দা চংলবদা নংবু পোকপী পলেম মতোমতা লৈহৌরগনি। হায়য়ু কনানা সেবা তৌবিগনি। নহাকপু অহিংগীনা থা ওই, মুংথিলগীনা মুমিৎ ওইরিবনি, নহাক্না য়ুমদা লৈত্রবদা নমাদি ভাওতুনা চংলগনি। নহাকপু পোকপী পলেম্বু শঙ্গোই নংদি মুংশিত্রবা?

শঙ্গোই— মুংশিজৈ ঐবু পোকপী ইমা অতুগা মুংশিজৈ ইমা লৈবাকপুসু। তাকপিরোবা পাবুং "চৎচরো" হায়না।

য়াইস্কুল—ইয়াম্বগী ইবুংঙো নিংথেম য়াইমা য়েংউনে নচাগী নিংভাযসে, থুমু মথোংদা শমলৌবগুম শঙ্গোইনা থুরো ওইরেনে। কাংদং ফাদ্রিবা নচানি, পায়না লিনফম থাবনা শমান্নবা থিরক্লে, লমান্নবা চিংক্লে। নিংথেম নচা থাম্বুনে শঙ্গোই নচ চাওদ্রিনে।

কুলচন্দ্র—পারি শঙ্গোইসনা 'সিদা লাও ইপাগী নাক্তা লৈসি শেৎনিংবতা শেৎকনি, চা'নিংবতা চাগনি ননিং তম্না লৈগদবনি।

শঙ্গোই—লৈবাক প্রজানা কেজ-মৌজবা নচাগী হরাওজবনি। কেজ মৌজবা নচাগী হরাওজবনি। লৈবাক প্রজানা মনিং তম্বনা নচানা মুংভাইজরনি। লৈবাক প্রজাগী অৱাবা নচাদি থাংবা ভমজদে। পাবুংগী থৌগল তৌতুনা য়েক্ক শাইরোং য়াবা নচানা য়াথং নিজরি।

য়াইস্কুল— য়াররোই, থাম্বা য়াররোই নিংথেম পারি শঙ্গোই থাম্বা য়ারুরোই! ফরে নহাক নিংথৌগী য়াথং কোক্তা থোংনা লৈবাক প্রজাশিংগীদমক্তা চংলো লান্দা (শঙ্গোইসনা মহারাজদা খুরুমজো)।

কুলচন্দ্র— শঙ্গোই নহাকপু ঙসি ইপান কৌগেদো "মৈতৈ নহা অহৌবা" হায়না। ইমা লৈবাক নিংবা নংগুম্বা মচা লৈরিবা লৈবারা কৈদৌনুংদস্থু মীখা পোল্লোই চাউখৎপগী ফম্বাল তোংগদবনি। ( নুংশিনা কোনবিবা )

( য়াইস্কুল লাকপা, শঙ্গোইসনা, নিংথৌগা লোয়ননা শ্রিগোবিন্দজী মন্দিরলোমদা লাম্মী ময়াম্মা ঙায়রিবা মফমদা থোকখ্রে।

## Light

৮ শুবা শরুক

থোঙ্গালগী লম্পাক

(কোমুংদগী লালগী যাত্রা তৌরক্লে, তারে লাপনা বঝাই বেঙ্গুলগী থোঙ্গেল। খুনিং কাংনা কাংনা য়েংলি শঙ্গোইসনা পোকপী মমাশীজনা। শকমচানচিংবা অতৈ নুপীশিংস্থু লোয়ননি। ময়াম্মা লালগী মঙ্গোল ঙইনবা ধুপ থাংমৈগা লোয়ননা মঙ্গোল ঘট লাৎলি। অতুবু উরে মচানিপা শঙ্গোইসনানা লালগী যিঙেৎ শেৎতুনা মমা তম্মা চেনশিন্নকপা উৎদা ঙকপ্রে মমাশিজ। (মচা চেঙেৎ কোল্লি) (ইশৈ মতেক থরা শকপা)

( মপান্দা লাম্মীগী )

ইশৈ .— লাকও, লাকও কৌরেনে ইমানা লাকও লাও।
মংম্মা ঙাইরে থিল্লগম্থু, থবক্তা ঙাইরে পল্লগম্থু।
য়েক্রুবনা লাঙ্গোই চনাশিনথরে,
মীলাইগী য়োৎহল্লং চনখিবা তারে।
( ইশৈ তামখিবা )

মমাশিজ—ইমাগী শঙ্গোই ! করি মতৌ কৌবগে গুলাপ মচু কৈজে এ শেম্ভুনা কাংজৈলেংথোংনথিবা নহাক্না শাকি লানফি শেংম্ভুনা খুম্ভা থাংশাং পাম্নরবা, নবা পীশক নহাক্না লালগী মায়কৈ পাংলবা, হায়্যু ইমাগী ইবুংঙো !— লৌনম ৮ ৬বা মনিপুর নিংথৌনা লালগী য়াথং পিবরা ? নত্রগা নহাক্না নপাবুংনা চংসি হায়ত্নুনা থেম্বরা ? ইমাদা শেংনা তম্মু শঙ্গোই। শঙ্গোইসনাবু পোকচবী লাইবকথিবী মমাগী মপাও অমত্তস্থ থাক্তনা, ঙম্মী হায়রবগী মতাগুম. মুপীমচানি উশিংহনা মমাগী থম্মোয় মনিবু মমাগী মথাদগী শেম্ভুনা পুগদবা কনাগী ম.তিক লৈ। ঐস্থ মৈতৈ মুপীনি হায়যু শঙ্গোই, ইমাগী শঙ্গোই শেংনা হায়য়ু ! নঙোন্দা কনানা লালগী য়াথং পী।

শঙ্গোই—(মমাগী মথোং মখাদা খুরুম্নগা মমাগী মথোং কোন্দুনা) ইমা মণিপুরগী নিংথৌ লৌনমদে, পাবুং সনথ্যানম্থ থেমদে। ঐগী নিংঙাইদা ঐগী অপাম্বনা, নিংজবনা অমদি লাইবক কবনা কংজবনি লালগী ম্না য়াথং, পাবুংগী থৌগল কংজগদৌরিবনি মনিপুরগী সেবাদা, কৌজিক্তি ইমা ! নচাদি লালগী যাত্রানি, ইমা লৈবাক কন্নবা য়াথং পীয়ো নচাদা কিগাও শানা য়াজরি।

মমাশীজ—শিন্নৌ লশিং তিনগুম্বা ওয়াং পোকপা তাথানা থোংবান লাল্লম থংদবগুম, নহাল থুবা য়েরুম্না য়েরুম চিন্নাইদবগুম নৌজরিবা নহাক্নি। শঙ্গোই নহাক্না লাল চংগ্রবদি লাইবক থিবী নমাদি কনা য়েংহনা হিংহৌগনি। পাম্নি মংবু চাওক্রিবা, লালগী মতিক চাক্রিবে চংলগদুবা ইবুংঙো।

শঙ্গোই—ইমা নচা শ.ঙ্গাইগী পম্বোম পাঙ্গল চাওরক্লে, লালগী লাল- ওং য়েংজরুগে 'তুংগী কৌশিং ওইনবা, পাবুং থৌগল ইন্নুগে ইমা। অহল ওইরবা পাবুংনা অকনবা লালথেংনবদা অহল মতম ওইবনা পাঙ্গল ময়েং তারবদা মচা ঐহাক নত্তনা কনানা থৌগলবিগনি মচা ঐহাক লৈরগা মত্থু কাওবা কান্নরবদা পোকপগী কন্নি কান্নরি। ইমা নহাক্না মোমোন মোখোর নোক্নুনা মণিপুরগী মঙ্গোলগীদমক্তা পীবিরো লালগী য়াথং নচাগী কোক্তা নানবিরো। য়েংউ ইমা·— থোংমী লাম্মীশিংনা নচাবু ও'ইরিবসে, কৌরি ইমা মণিপুরনা লালকমদা তোইনা পিনবিরো য়াথং।

মমাশিজ—লাইরবী নমাগী মুংথিলগী মুমিৎ, অহিংগী থানি নহাক্তি। নহাক ঐগী মিৎকী মনিনি, ঐগী থ:াইনি। থবাই ও:বা নহাক্না চৎপ্রবনা নমা ঐহাক্তি কনম্না হিংহৌগনি ? শঙ্গোম্ন ন:া*প্ কায়নবগী মৈচাক পুবা ভম্মোই ঐহাক। নংনা লালগী বিদায় পান্নব'দি নংগী থৌরবা থাও অত্থুনা ইমাগী গুক অসে গু'ন্না ককলমথো অত্থুগা চৎথো লালকমদা মত্থুদা পুগমু নমা হাৎপগী পাপমু —।

শঙ্গোই— ঐগী ইমা ! মুংশিজরবী ইমা নহ'কসে মৈতৈ চনুনি, অকম অথো পোকপী মণিপুর ইমাগী মমোমনি। পকচদে অত্থুগম্বা নয়াথং। নচানা চৎচরিবা অসি ইমা নংগী সেবানি, নংগুম্বী ইমা লক্ষা, লক্ষাগী সেবানি, পুন্নমক্তী মমা মনিপুরগীদমক্তনি। য়েংখিয়ুনে ইমা— লাম্মীশিংনা ঐবু থৌরাংনা য়েংলি, ভাইরি

থেংলে থুরো হায়বগুম্না পিনখিরো ইমা লৌজরি ইমা খুয়াগী উফুল।

মমাশিজ—( য়াররোই খংলবদা ) ফরে ইমাগী পারি চাওদ্রিবা! চৎলো চৎলো ইবুংঙো যৈথাই থিঙ্গাই লৈতনা নতু নাম্মা তেক্তনা য়েরুবা মায়থিবা পিত্নুনা জয়গী ফিরাল পায়রুনা "জয় মাতৃ ভূমীগী জয়" হায়না খোঙ্গেল বাংনা লাওত্নুনা হল্লকউকো। ইমানা অথুম অহাও অথেন পোৎ কয়াগা লোয়ননা ফমসিনা শঙ্গোই নংবু ওক্লমগেকো। য়েরু মায়য়োক্লবদা শঙ্গো নমাই লৈগনু। ইপা ইপুগী মিংচৎ থিহনগনু। ইচাগী অমদি মণিপুরগী মঙ্গোলগীদমক্তা ইমানা লাইনিং পরৈ চেৎলমগেকো।

শঙ্গোই— ইমা (হরাওনা মমাবু থুক্লমলে, সঙ্গোইসনগা মমাশিজগা চীংন-চীংনা য়েংত্নুনা কায়নৈ।)

( শক মচানা— চংশিন্দুনা শঙ্গোইদা লৈ পরেং হুকই, শিন্দুর নম্মী, অত্নুগা থুরম্মী। শঙ্গোইনা হৌগৎপীরগা)

শঙ্গোই— ইবুং চৎলুখিগেকো

শক মচা— ঐগ্যা। ( চৎখিবা )

## Light

৯ শুবা ভুৎপা

( থৌবাল তোমজিং )

( য়াইস্কুল লাকপা অমসুং য়েঙ্খোইবা মেঙ্গোর লাম্মী খঙ্গা লোয়ননা লালগী বাতায়রি। )

সেঞ্জোইবা—ঙসি সনখ্যান লেংদ্রিরকপা অসিদা মণিপুরগী লাকমী পুন্নমক হরাওবগী ওমখৈ লৈনখিদ্রে। অনৌবা মথৌনা অমা হাপ্লগুম্মী। থাজ্ঞি লাল শসি মণিপুরগী জয় শোয়দ্রে হায়না। অনৌ অনৌবিবা মঙাইবুংডো শঙ্গোইসনানা লালদা সনখ্যাগী থৌগল তৌগনি হায়হ্ননা চংলকপা অসিদা করম্না মণিপুর মচানা শিবা ফিগনি। মণিপুর জাতিগী নাহারোন্দা চাওরবা পরা অমনি থাগৎনিংঙাইনি ফিদম্নকমনি. মণিপুর নহারোল, মণিপুরগী ইতিহাসদা সনাগী কালিনা ইহৌরগনি "মৈতৈ নহা অথৌবা শঙ্গোইসনা" হায়না।

য়াইস্কুল—কালফমদা অমদি মণিপুরগী থোইদোক্লা খুদোংথিরবা মতম অসিদা খোংনী লাম্মী অমস্তুং লুচিংবা ময়াম্না করিস্থু লৈদ্রবা মমল য়াওদ্রবা ঐবু থাজবিবা অসিগী তৌবিমল লমল মপোক অসিমগী তোল্লবনি। লোইননা ঐগী থবায় হকচাংস্থু ময়ামগী মফমদা কথোকচরনি। অদুগা অহানবা ওইনা মখোয়গী লালওং অমস্তুং ঐখোয়গী থৌরাং খুদোংচাবা অমদি চাদবগী মতুং ইন্না লাম্হোং শিন্নবগী মরম অমস্তং পামজৈ।

য়েঙ্খোইবা—তাবিয়ু সনখ্যা ইবুংঙো। মীগীদি খুৎলাই ক্ববনি, ঐখোয়গীনা ফত্তবনি অসিগীস্থু মথক্তা য়েক্লবগী লাম্মী য়ামগ্রবনি, ঐখোয়গী লাম্মী মশিংদি খজিক্তনি! অদুগীস্থু মথক্তা অরাংবা চাংমায়দা লানবল শাখিবনা ঐখোয়গী লাম্লংদা খরা খুদোং চাদ্রে। মখোয়না কাপললকপা গুলিনা ইরায় লায়না ঐখোয়গী লানবল য়োই। অদুগা মখোয়গী লানবলদি ঐখোয়গী গুলিনা য়োবা ওমদ্রে।

য়াইস্কুল— যরে অতুদি ময়'মগী মফম দা ঐ করিগুম্না অমত্তা নিংশিং-
জগে মসি শোয়ুদনমক পাংথোক্কদবনি হায়বগী র' নত্তে
খল্লবগী রাফম্লি। ঐথোয়গী লানবল থোংনাও তোন্দাগী
ইংখোন্দা শাসি অতুগ ময়া পুরেল, চোংথামিয়া, নাবেংবা
পোইল', য়েত্থোইবা অসিনা মাগী মাগী লাম্নীগা লোয়-
ননা সরকারগী লানবল অসি মায়কৈ থুংনা কোইশিল্লবা—
হায়বদি চন হাওম পংচিংগা হেক্তা থুংথেংননা য়াল্লবা মসিদা
ময়ামা করি তাকপিগদবা।

ময়াম —ফজে ফজে লালংংতু ঐথোয় য়াজরে।

য়াইস্কুল—অতুদি থুংলৈ থুনা মাগী মাগী থৌরম অসি পাংথোক-
পিবা ( ময়াম পুম্নমক মহৈ মহৈ চংখরে )

য়াইস্কুল— কনা লৈ— ? ( লাম্নী অমা চংলকই থুরম্নী )

লাম্নী— ঐগ্যা।

য়াইস্কুল—থেম্বুংজাম্বা কৌতুনা থৌনাও তোম্রাম্বী ইথোল লাইরম
তিল্লম য়েংথোকহল্লু।

লাম্নী— ঐগ্যা। ( চংখিবা )

( মতম'সিদা লাল হৌখরে। মেছনা নোংমৈ য়াম্না কাপ্লক্লে।
থৌরাং নিংথিনা নংনহৌদবনা অঙকপা মঙং অমগী লালংং
ওইরে। মণিপুর লাম্নীগা মেছ লাম্নীগা থুংথেংননা য়াল্লরে।
মণিপুর লাম্নী নিংহৎনা কাম্লবা হৌরে। মতু উবদা মপান্দগী
য়াইস্কুল লাকপনা লাওরকই।

য়াইস্কুল—য়া: চেনগন্নু মণিপুর মচাশা। মণিপুর মচা অমমমগা
মেছ সিকাই চান্মা চান্মগা পানগদবনি। চেন্দুনা শিবদি জাতি

অমন হায়রগা ইকায়নবগী মশাক্ । হৌংচল্লু য়ানশিল্লু— য়েক্লবা চাম্না-চাম্না হাংলগা শিয়ু। শিরোইদবা মী লৈত্তে মীংচৎ থনপগা শিয়ু।

(লাল অহু অমুক লাপথোকক্রে। চোকথরবা য়াইস্কুল লাকপা লাল শোক্লকবগী ঈ তেরদুনা খুর মপি হোল্লদুনা থোং অনগী মখোংদা পোখায়। মজা ইবুংঙো শঙ্গোইসনাসু পোখ'য়।)

য়াইস্কুল—ঐগী লালগী বাত্রাদা উথি ওমঙ্গলগী লৈচিন, খুদম ওইনা তাকলকই মহুদি মণিপুরগী লালগী জয় লৈত্রে। মহু থংনা থংনা থবক লেপ্লদি য়াদে য়েংউ গোর্থা, পঞ্জাবীনচিংবা ভারতকী জাতিশিং অসিনা মথ্যাই থুবাক্তা হাপ্তুনা লাম্ফেংনরি। কয়া কয়া শিরি। মরক অসিদা য়াওরি। চীংগী ইাচনইনাও অমদি মণিপুর ইশা—থংদে মখোয়না, কনাগী লাম্নো! করিগী লাম্নো হায়রবা। মখোয়না লাল শোক্লরি অত্যাচার তৌরি, মীচাবোকী য়াইকনবা মমা লৈমাক ভারতকী লৈখা তানবা। অসুক য়াম্বা মখোয় অসি ঙাক শেল্লি সাহেব মঙা তরাওনা। মখোয়না মীচাবোকী লাল শোক্লরিবা অসিগুম্না মরৈবাক মজাতী ঙাক্লবগীদমক্তা লাল থেংনরবদি অমদি ঐখোয় পুম্নমক্না তিংংকেন মাম্লনা অপুনবা শক্তনা অপুনবা ভারত অসি ঙাক্লবদি ম্লেছ থর অসিদি লায়রহুমা লেমহৌরিবা পৃথিবীনা নাকন নাম্না ওইগ্রবসু ঐখোয় অপুনবা ভারতপু জয় তৌবা ওইথোক্লবনি। অহুবু হে: ইমা! করম্বা য়ুম্নিং থাদা অহু-গুম্বা অহু ওইরকবা। শঙ্গোই ইপাগী শঙ্গোই য়েক্লবনা মারবৈ

অপুম্বা কোইখ্রে। মণিপুরগী লান্মী পুন্নমক মকম থং-না কায়দুনা চেন্নখরে। শঙ্গোই নহাবস্থু চংলে হুমদা হান্না মণিপুর শোয়দনা মায়থিরগান। অদুনা পাঙ অাস তম্মু থোক্লিবা থোদোকসে, চোকথরবা মণিপুরদা অমদি ভারত-বাসিশিংদা চংলো ইপাগী শঙ্গোইশনা নং যুমদা হল্লু।

শঙ্গোই—থৌগল লাকপা নচানি পাবুং থৌগল থাদবা ইমাগী চেংবা য়াথংনি। হল্লো হায়বা য়াথং অদু তাকপিগন্নু পাবুং যাথং চত্ হল্লিনবীযু।

য়াইস্কুল—ঙাইহাক্কং থিন্নবদা চংননবা লম্বী লৈববোই। অদুগা ঙসিনা ঐগী অয়োইবা থুমিংনি। নপা ঐবু নিংঙম্মু নংবু পোকপী নমাগী থল্লু।

শঙ্গোইসনা—চেল্লো হায়বা য়াথং তাকপিগন্নু পাবুং অমম অঙান তাইবংদা থৌগল থারয়োইদ্রবা নচা শঙ্গোইনি পাবুং। লাল-ফমদা মায় লৈদবা মেতৈগী ইজ্জত ঙাকচগে ইমাগী য়াথং ইশুগে।

য়াইস্কুল—নহাক নমাগী আশানি, ঐগী আশানি, লৈবাক্কী আশানি। তুংগী, লৈবাক্কী অমদি সমাজগী ফিভম নখোয় নহারোলনা শেমগদবনি। ম্লেচ্ছ জাতি অসিগী মখাদা মণিপুর ইমা অসি শোয়রনা মীখা পোংরনি। মতম অদুদা মুংশিবগবা পুন-শিল্লবা অসিগী শক্তিনা মতেক মতেক হৌদুনা খঙহল্লু বৃটিশ সরকারদা মত্তুদি মপাজল নহারোলশিংনা ইরৈবাক ইজ্জাতিবু খুদুম চংবস্থু. মীনাই ওইহল্লবস্থু থম্মোয়নদি য়াদে হায়বা। নোংমা মুংশিনবগী মরি তংলিবা অসিনা পুনশিনকপা মতমদা

য়োগনি ম্লেছ মরৈবাক্তা, পুরান্দা ইরিবনি "খুবাক অহুমলক খুবদা চেনথিগনি ম্লেছ, নোংমৈ মখোন থোক্লোই"। অসিগা লোইন লোইননা নরৈবাক্তা অমদি জাতি খুদিংদা শন্দোক-কদবনি "মুংশিনবা"। মুংশিনবদগী থোক্লকনি য়েক্লবনা কিরবা চাওরবা শক্তি। অহুগা ওইগনি ইরৈবাক্লা অনিশুবা লাই-রৈবাক। অহুনা চৎলো শঙ্গোই ইপানা হায়বা ইল্লু।

শঙ্গোই— ডাকপীয়ু পাবুং। লানফমদগী চেনবা অমদি পাবুংগী থৌগল কায়বা অসিদদি তাকপীরগমু পাবুং। (কপ্পুনা) মীনাই ওইনা হিংহনবিগনুবা নচাবু।

( মতম অসিদা সাহেব অমা শগোল তোংহুনা লাকই। সাহেব অহু উবদা য়াইস্কূল লাকপনা শঙ্গোইসনাদগী নোংমৈ লৌহুনা সাহেব অহুদা কাপ্পী। অহুবু গুলি অহুদি সাহেবতা পান্দ্রে। শাগোল অহুদা পাল্লে। সাহেব অহু শিশিন্নহুনা লৈমায়থক্তা তাহুনা লৈপ্রে।)

য়াইস্কূল— সাহেব অসি শিরে, মডোন্দা নোংমৈ য়াওরমগনি ঐ লৌরুগে।

( য়াইস্কূল লাকপনা নোংমৈ লৌগে হায়হুনা সাহেব অহুগী মনাক অহুদা চংশিনবদা সাহেব অহুমা মাগী নোংমৈনা কাপ্লকপদা য়াইস্কূল লাকপা তুরে।

শঙ্গোইসনা— "পাবুং" ( কন্না কৌই, য়াইস্কূল লাকপনা মচাবু নানবী লোইননা অবোইবা স্বর হোনখরে)। মাগী কোয়েংনা মপাবুং য়াইস্কূললাকপদা কুপশিল্লমগা সাহেব অহুবু তান্নথ্রে,

সাহেব অতুদি শঙ্গোইনা হাংলে অতুবু অরাবনি শঙ্গোইসনাবু সাহেব অতুগী গুলিনা পাল্লে। শঙ্গোইসনা মথবাক্তা মথুৎনা মেল্লগা সাহেব অতুগী মওক্তা শিব লোকেট পায়হনা লাকই।

শঙ্গোই— পাবুং লৌবিরো নচানা পুজরক্লবনি তোল্লবা সাহেব। নচাবু ওাইবিরমখো পাবুং।

(মপাগী মখোং কোন্দুনা তুথগ্রে।)

"মহৌশাগী ইশৈ"

ভংথরে ইমাগী লিক্লাং পরেং,
চোয়না চায়রে লৈমাইথক্তা।

Light off

১০ শুবা উৎপা

(লম্পাকনি কাইরেন কাইজাও অনি য়েৎকা ওইগা লৈরি। মী পুম্নমক মিৎলুদগী শিন্থরকপা ইরা থাম্বা ওম্নে। লৈবাকী অথৌবা অমদি লৈবাকী অচৌবা শিবগী হৌনবী মতুং ইন্না নোংমৈ থারি! সিফাইশিংনা সলাম্মী কৎলি। অওম অথৌ নহারোল পুন্নমক্লা লৈ কৎলি থুরুম্মী অতুগা ইকোই কোইনা থৌগল তৌরি, কোইরেং, থঙ্গালস্থ য়াওরি)।

কায়নবগী ইশৈ

মরুপ মরাম— চৎলোকো চান্নরোই,
হাঃ শঙ্গোই মরুপলোই।
লাইরমলেন লমদম পাংবদি,

পিরাংনা বিদায় পীজরি।
হন্দক্কী মপোক্তি কায়নরেদো,
অনৌবা মপোক্তদি হল্লকখোকো.
নয়াথং পাওতাক মুংশিবদা,
পুন্সি দানবু কৎচগেকো।

শক মচা—( লৈমাইদা ওন্দুনা )

খোয়ুম লাইও ফত্তবা,
মতম কৌবী হিংচাবী
নৌজরিবা লমজিং মৈরা,
করিগী নংনা মুথৎপীরি।

অপুম্বা খোঙ্গেল- পঙ্খৌগী য়াথং কোক্তা থোং
পলেমগী য়াথং নমদা পো
মপুংগী কানখোং তমখিবা
লৈনম ওইনা তিল্লুরো।

মমুংদগী তেংথা নাওইবগী মতৌগুম খোঙ্গেল অহুমি
নিক নিক লাওনা লাওরকই।)

লাংবিগমু প্রজাশা
য়েক্লবা মাইয়োক য়াবদা
লালগী মৈশা লাংবদা
চোকথরবা অথৌবশিং
পোথাবা কায়গনি
লাংবিগমু প্রজাশিং।

মীৎকি পিহু তৈথোকপীয়ু
পিরাংনা বিদায় তৌনদে
খোঙ্গেল থোক্লা কপ্পীগনু
ভথৌবশিংদি তেংথাদে ॥
কাওরম্মু পাউতাক লাইরা
পাংঙসি থবক ওইনা
পুল্লসি মুংশিনবা থৌরিনা
ফহলম্মসি পাঙ্গল পুল্লগা ॥

( মতম অসিদা শঙ্গোই পোকপী মমাশীজ অঙাওবীগুম খোরকই। শক মচাস্থ কপ্ত না নৈপাক্লা ওল্লি)।

মমাশীজ—ইমাগী ইবুংঙো! ইমাগী ইবুংঙো! (কৌরকপা)
ইমাগী শঙ্গোই মুংশিবা
ঙরাং নোকা চৎখিবা
ঙসিনা কৌবদা খুমত্ত্রবা
ইমাবু নংনা শাওরবরা — ?
হাঃ — হাঃ — হাঃ অমা খোকপদা
হাই হায়বা অতু ঐঙোন্দা
অনি পুন্না থোক্রবা হাঃ — হাঃ — হাঃ
মপুরোইবা কাম্লনবগী মথক্তা
মমাদগী মচা শেৎলিবা —।
শঙ্গোই ইমাগী শঙ্গোই
নংদি পম্মৌতবু মুংশিবোই

নমা ঐবুদি সুংশিত্রবোই
সনথ্যা ইবুংভো !
কয়ি মতৌ কৌবগে
অঙাং নরা অপিথক
করিগী লান্দা পুবগে !
নত্তেদা ! মায়ি, নত্তেদা
ঐগী ইচা নত্তে,
ঐগী ইচাদি লান্দগী হল্লক্তি
ঐগী ইচাদি লানফমদগী
ভয়গী ফিরাল পায়দুনা লাকনি,
খোঞ্জেল থাংনা লাওরকনি
"জয় — মাতৃ ভুমীগী জয়" হায়না
মতম অত্তুদা ঐনা
লৈ খুজোক খুজোক চায়গনি,
মঙ্গোলগী মৈরা চাওনা চুথংকনি
খুমগনি খোঞ্জেল থাংনা,
"জয় মাতৃ ভুমীগী জয় ॥"

(রাস্থখরে) শক মচানা চংশিল্লী, ময়াম চংসিন্দুনা সেবা তৌয়ি।

( হৌনবী মতুং ইমা বেঙ্গুল [illegible] [illegible] চংলে চিত্তা মৈ চুথংলে )

য়ুমলৈ হায়জিনখরে।
লোইরবা ॥



